# নুপাগা নুপীগা কননা হেন্না শিংবগে?



# নুপাগা নুপীগা কনানা
# হেন্না শিংবগে ?

মাইবম ইবোচৌবা সিংহ
ললাম্বুং ।

"লুপাগা লুপীগা কনানা হেন্না শিংবগে ?"

অইবা :- শ্রীমাইরম ইবোচৌবা সিংহ
ললাম্বুং মখোং তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফাল।

কোংজবী :- কুমারী শারোদা দেবী মাইরম

কোপী মশিং - ৫০০

মমল :- লুপা ২৫/-

নম্ফম :— তরুন প্রেস, পাওনা বজার, ইম্ফাল।

ইমা,

নুংঙাইবা শরুক ফংথিহনবী
মানা পুন্সি লোমশ্রবী
লৌমিয়ুনে ইমা, নচাগী
হৈত হৈত লৈরাংজবা।

মাইবম ইবোচৌবা সিংহ
ললাম্বুং।

# মাংজোননা ৱাহৈ খরদং

ঙসিগী অমদি হুয়েং লাক্কদবা অঙাংশিংগী পান্নবা ঐগী ৱারী মচা মরি য়াওবা লাইরিক মচা অসি পুথোকচবনি। ৱারী মচা নত্রগা ড্রামা মচাশিংসিগী থিম অমস্তুং হৌরকফমদি চহি ৫০ মুক্কী মমাংদা ইমানা লিবিখিবা ৱারী ঙাক্তনি। ৱারী কয়ামুক্কি মরক্তগী খনগৎলগা মরিখক্তং ইথোকচবনি। ৱারীশিং অসিগী শব্দ পুন্নমক অইবগীনি অমস্তুং দায়ত্য পুন্নমক ঐনা লৌজগনি। য়ারিবমথৈ লান্দনবা ঐনা হোৎনজবনি অদুবু করিগুম্বা ৱাহৈ ৱাতা লানবা নত্রগা বনান লানবা খোৎপা য়াওরম্নবদি ঐহাকপু ঙাকপীয়ু খংদবদগী থোকখিবনি।

ঐনা য়ান্না নুংঙাইজদবা অমনা চাওখৎলবা লোন ইংলিশ, হিন্দি অমস্তুং বেঙ্গল্লীনা লমজেন তান্নরকপদা মণিপুরী লোন্দি হৌগৎপা ঙমদনা তুদুনা লৈহৌবগা মান্নরে। ইংরাজী লোনগী কল্লবা শাফুনা লোন অয়াম্বা মাইথিবা ফংলবা লাম্মীগুম তুংদা লৈহৌরে। চুমই, লোন অমা চাওখৎনবা হোৎনবদা অতৈ লোনস্তু য়াওশিনদবা, পুশিন্দবা য়াদে অদুবু হেঞ্জিল্লক্রবদি ফত্তে।

হৌজিক্কী মিশন স্কুলদা তম্নীবা ছাত্র-ছাত্রিশিং মণিপুর লোল পাবা ঙমদবা য়ান্না য়াওরে, পরিক্ষাদা মণিপুরি থোকপা নুমিৎতদি অচৌবা লান অমা থেংনবদৌনা তৌরে। লায়না অসি মিশন স্কুলদগী অতৈ স্কুলদা তম্নীবা ছাত্রশিংদস্তু য়ৌশিল্লক্রে। পোকপদগী ঈদা শিংলিদা য়াওরক্রবা ইমাগী লোনবু থৌশাদবা হায়বসি ইমাদা ইমা কৌনিংদবা মীগী মমাদা ইমা কৌবগুম্বনি। ইরোলবু থৌশাদনা মিরোলবু লুনা তৌরগা মৈতৈ ঐখোয়গী চৎনবী, ফজবা কলা করম্না মপানগী লমদা খংহন্নগদৌরিবা? লোন অসিবু চাওখৎনবা, হেনগৎহন্নবা হোৎনবদা প্রজা অমস্তুং গোর্ভমেন্টকী মত্তেং চংগনি। লোন অসিবু মুংশিজদুনা খুৎ থাম্নিবা অইবশিংদা অনৌবা থৌনা হাপ্পীয়ু হায়না নোল্লুকচরি।

মাইবম ইবোচৌবা সিংহ

# য়াওফম তাকপা

# মুপাগা মুপীগা কনানা হেন্না শিংবগে ?

## ( অহানবা )

ইবোহললগী মচানুপী চন্দ্রজিনিগী লুহোংবা মুমিংনি। কৈন্যানা লৈ কোইবগী ক্লেওনেট নম্রগা শেহেনাই খোংবগী মখোল তাহনবা।

ইবোহল :— "ঐবু মুংশিবিত্তুনা লেংবীরক্লিবা অহল - লমন, ইমা-ইবেল পুম্নমক্তা ননাইনা ভক্তি তৌজরি, ইচাগা ইয়ানুপাগা অনিগী মঙ্গল ওইবা পীবিরমউ!"

ময়াম পুন্নাঃ—"মঙ্গল ওইরসনু। মচা মশু পোক্লুনা পুন্সি শাংনা লৈমিন্নবা ওইরসনু।"

অহল অমা :— "ইবুংঙো নচানুপীশিদি, মশক্লা ফজরিবা লৌশিং জ্ঞান্না লৈরিবা অমদি ধর্ম্ম শাস্ত্রনা হৈরিবা, লমদমসিগী চাওথোকচনিং- ঙাইনি।"

অনিশুবা অহল :— "ইবুংঙো, নহাক্কী নয়ানুপা অসিবু অভোঙ্বা লৈবাক্কী মীনি হায়বা ? মাবু অচৌবা মন্ত্রী অমগী মচানুপানি হায়না ময়াম্না ঙাংনরিবা অসিবু চুমব্রা ?"

ইবোহল :— "চুম্মী খুরা। মহাকসি অচৌবা মন্ত্রী অমগী মচানুপানি, মমিংনা রুপচন্দ্র কৌই।"

অহানবা অহল :— "ইবুংঙো, নংগী নয়ানুপাসিবু কদাইদগী ফংলকপনো ? মশক মতৌনা ফজরিবা, ইংভম্বা অমদি চৌংলেন্না নুপা অমা ওইবগী গুন পুম্নমক লোইনা চেনবা নুপানি।"

অনিশুবা অহল :— "মতু ফনা ওইতুনসু, ইবুংঙোগী নচা পীনা অমুক হেল্লি—মশক ফজবদা, লাইরিক লাইশু হৈবদা, লাই গুরু মশক খংবদা অমসুং লৌশিং লৈবদা।"

অহানবা অহল :— "ইবুংঙো, নহাক্কীসিবু নুপারোমগী মীশু লম থাপ্লে হায়তুনা অমত্তশু উদে। শুপা ময়ুমদা কৈন্যাসি থিনবা খোৎপদি কমদোবা ?"

ইবোহল :— "মত্তুদি খুরা, মখোয় অনি (বোর অমশুং কৈন্যা) ঐগী য়ুমসিদা থা অমমুক লৈহল্লগা মখোয়গী লৈবাক্তুদা থিনগনি।"

অহল অনিমক :— "ফরে ফরে মঙ্গল ওইরসনু। অতৈ মীশু লোইনা চৎনখ্রমাল্লে, ঐখোয়শু চৎলগে।"

ইবোহল :— "ঐ স্বাইদশুম ময়ামদা ভক্তি কৎচরি।"

... ... মিউজিক ... ... মিউজিক মিউজিক ... ...



ইবোহল :— "হাই তারিব্রা — জিনিগী মমা !"

মমা :— "করি হায়গে ঐবু কৌববু ?"

ইবোহল :— "অহিংসে ফনা থেংলে, অঙাংশিং চাক ঈশিংপীজরব্রা ?"

মমা :— "মখোয় লোইনা চারে, মখোয় মপাবুংশু চাকশংদা চংবিরক্লো, চাক থাংদোক্লুনা থমজরম্লবনি। হান্না চাক-ঈশিং চান্নবা অমুক্তা তৌখিসি অরুবা ৱা অমা লৈরে। খন্নদবা য়াদ্রে।"

ইবোহল :— "করি অরুবা ৱানোনে ... ... ? মত্তু হান্না অমুক্তা হায়য।"

মমা :— "হায়দোকপদা তুজুংনিংঙাই ওইবা ৱানি, হায়দোকপা ঙমজরোই। নয়ানুপানি হায়দনা কদাইদগী লৌরুবনো থংদে। মীরোল থুংদবা অঙাওবম্না কৈনো থংদে ... ... ।"

ইবোহল :— "অত্তুবু করিনো হায়রো হায়বা। রুপচন্দ্রনা নকোক্লু চিকে হায়রক্লব্রা ?"

মমা ঃ— "ঐগী কোকসি চিক্কে হাযবক্রবদি খবহুম ফবি মতুদগী খবা হেনবা মীনা পু-থাংবা ঙাম্নাইদবা রানি, মপাবুং।"

ইবোহল ঃ— "অতুবু কবিনা হাযবো হাযবা।"

মমা ঃ— (খোঞ্জেল থবা নেমথন) "হো কপচন্দ্রসে অমমম্বা অথেংবা অহিংসিদা মগমদা চৎলগে হাযবে।"

ইবোহল ঃ— "কবি তৌবে, মাগী মনিং থুংদবা কবি লৈরে? মাবু খবখরা ঙাওববা?"

মমা — "খবা নত্তে, পুবা ঙাওববা অমা ইমুংসিদা পুশিল্লক্লে। মযাম মমাংসিদা ঐদি শিবনা ফবে।"

ইবোহল ঃ— "ঐঙোন্দা লোইনা অমুক্তা হাযবু, মানা কবি তৌবিবা কবি হাযবিবা?"

মমা ঃ— "হাক্কী মমাংদা তুন্না হিপনবমদাই ভমদা কপচন্দ্রনা ঐঙোন্দা হংই—মহাক কবম্বা কমুংদা কনাগা তুমিনননি। ঐনা মঙোন্দা ইঙক ঙক্লা হায—ঙশাই মান্দব মযাইদা মযাম মমাংদা নাঙোন্দা নৈ হুকশিবা ঐখোযগী ইচানুপীগা ফমু অহনবা অসিদা তুমিননগদবনি।"

ইবোহল ঃ— "অতুদা মহাক্লা কবি হাযবকই?"

মমা ঃ— "মানা ইচানুপীগা ফমুং অহনবতুদা তুমিন্নবদি ঙমজবোই হায। অহুদগী ঐনা হংই—"কনাগা তুমিন্নগে হাযবিবনো। মহাক্লা ইচম চম্না ঐহাক্কা (ইনেম ইবেম্মগা) তুমিন্নগে হাযবকই। মানা ইচম চম্না হাযজরকপনি অতুবু ঐঙোন্দদি যান্না ঙক্লা থোকই।"

ইবোহল ঃ— "অতুদগী কবম তৌববা, মখা তাবকট মমা।"

মমা ঃ— "ঐনা মঙোন্দা হাযবমই— মতু ওইবোইদবা, মীনা চৎনদবা রানি।"

ইবোহল ঃ— "অদুদগী মহাক্না করি হায়রকই, জিনিগী মমা ?"

জিনি মমা ঃ — "ঐনা মতু হৌন-লোনচৎকী ৱাংমদনি, য়াদে হায়বদুদা মহাক্না অহিং মমবসু, থেংলবসু ময়মলোমদা চৎলগে হায়রকই। ঐনা মঙোন্দা হায়রমই - নকু ইবুংঙোগা অমুক্তা খন্নরুখিগে ঙহাক্তা লৈরমখো খামলম্মী।"

ইবোহল ঃ— "রূপচন্দ্র হায়বা নহাসি খর খরদি ঙাওবজাৎ ওইরমাল্লে। হৌজিকপু মহাক চৎথ্রবদি ঐ অমদি ইচানুপী লৈবাইসিগী মনাংদা শিখিবনা ফরে। খংদ্রে, তৌফম খংদ্রে, মী কনাহ্ন উবা নত্তে খংগদবসু লৈতে, মাগা তুমগে হায়রগা তুমিন্নরুরো, মমা।"

জিনি মমা ঃ— "ঐদি ওন্থোক্না ঙকচরেদা! অঙক অঙকপা ৱা অসি য়াম্না তারকদোরি।"

-----

# ( অনিশুবা )

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক

নোংডাম্লকপগী উচেক-ৱায়া খোংবগী মখোল।

ইবোহল :— "হুম ! ইবেম্মা জিনি ! হৌগৎলব্রা ইবেম্মা ?"

চন্দ্রজিনি :— "হৌগৎলে পাবুং। করি হায়গে ?"

ইবোহল :— "হাই, মুপামচা রুপচন্দ্রহু হৌগৎলব্রা য়েংউ।"

চন্দ্রজিনি :— "হৌগৎলগা শুমাং ৱাইকা শিংৎলম্নগা তুরেলদা ইরুজবা নুমথখি।"

ইবোহল :— "ইবেম্মা, ইপাগী হিদাক হাল্লগা হিদাকপুগা পুথোরকউ।"

জিনি :— "পাবুং 'সিদা লৈরে।"

ইবোহল :— "ইবেম্মা, নংবু ইশুক-শুকথনা উববু করি তৌরে ইপাদা হায়মু, করি অৱাবা নিংবা থুংদবা লৈ, হায়মুনে ... ...।"

চন্দ্রজিনি :— "পাবুং করিসু তৌদে ঐ ... ...।"

(মতাংসিদা রুপচন্দ্র মফি মরোল শেংচিল্লগা মপান্দা থোরক্লী)

রুপচন্দ্র : — "ইকু ইবুংগো, নচানা খুরুমজরি, নচা চৎচরগে ... ...।"

(ইবোহলহু ইকাইবগা শাওনিংবগা খম থেংলমই অমসুং হায়নি হায়রোই থংদনা খোল কল্লপ হায়রকই।)

ইবোহল :— "চৎখ্রো চৎলো ! নখোয়গী লৈবাক্তদি লুহোংবগী নোংডাম্নদা মুপাগা মুপীগা খায়নহনা চৎনবরা ?"

( রুপচন্দ্রহু কিবোই ইকাইবোই ৱা অমত্তা খুমলমদনা অমদি মপাগী মনাক্তা পী মতুম মতুম তানা মমাই লুক্কা ফম্লীবী চন্দ্রজিনিদা হন্না ফাওবা য়েংলমদনা চৎখিরমই।)

(শাওনিংবদগী ইবোহলনা রূপচন্দ্রবু শাওনা চৎলো হায়দোকপ্রবস্তু মচানুপীগী তঙাং তঙাংবা মাইথোং অমদি মীৎতগী পী। পী মতুম মতুম তান্নিবহু উরগা মচানুপীদা হায়রকই।

ইবোহল ঃ—"ইবেম্মা, চৎচপ্রসনু, নথাই নুংঙাইতবা তৌগনু। ইচাগী করি ৱাৎলি? শক-চুদা, মহৈ-মশিং হৈবদা ইচাদগী হেনবা কনা লৈ? রূপচন্দ্র হায়বা নহা অসি অঙাওবনি। সংসারসিদা মীনা তৌনদবা থবক থৌওং ঙাক্তা মহাক্না হায়রক্কনি। নংস্তু অমুক্তা খল্লু মানা ঙরাং অহিংদা তৌখিবা চক্রি — তাইবংপান্না চৎনদবা ৱা ঙাক্তা। মীনা তারগা শিবনা ফরবনি — নমা.া তুমগে হায়রক্লিবনি।"

চন্দ্রজিনি ঃ— "অহুদি অঙাওবা নত্তে পাবুং, যাম্না শিংবা জ্ঞান লৈবা মীনা তৌগদবনি।"

ইবোহল ঃ— "মতৌ করম্না মাবু অশিংবা জ্ঞান লৈবা মী কৌগদোরিবনো?"

চন্দ্রজিনি ঃ— "মহাক্না খল্লী, মানা লুহোংলিবা নুপী হায়বদি ঐহাকপু মশক ইশক খংনবা নত্তে, মীং ফাঙবা খংনবা নত্তে, করম্বা লমচৎ চৎলমগনি, করি লমচৎ শাজৎ চৎলমগনি, করম্বা পুকচেল চেমগনি অমস্তুং করি ৱাঙাং শাঙাং ঙাংলমগনি অমত্তা খংবা নত্তে। নুপী লৈশাবী অমগী লমচৎ শাজৎ লাইনা খংদোক্কে হায়রবদি মাবু পোকপী মমাদগী লোইনমক খংবা ঙম্মী। মরম পুন্নমক মমাদা য়েংলগা মচানুপীহুগী লমচৎ শাজৎ খংবা ঙমে। অহুনা ঙরাং অহিং ঐহাক্না তুম্মীনবগী মহুৎতা ইমাগা তুমিন্নগে হায়রক্লিবনি।"

ইবোহল ঃ— "এ, এ, মহুদি মহাক্কী অশিংবা লৌশিং অমনি। অহুবু, করিগীনো ঙসি অয়ুক অঙনবদা ময়ুম চৎলগে হায়রিবদি, কৈন্যা কৎপা, লুহোংবশিবু ফাগীরা? লৈকাই মী ময়ামগী মমাংদা

ঐ অমসুং নহাকপু চংহাৎ হাংলিবদি করিগী ?"

চন্দ্রজিনি :— "অতুদি পাবুংনা হেন্না ভাওরে। ইমাগী মওং মতৌদি পাবুংনা হেন্না খংলিবনি। ইমানা তন্নীবা ভরাং অহিংসি মহাক্তি পিশক পীক্লা তাশিন খোমজিনজরগা কমুংগী মতাইদা য়াম্না কি হুঙ্গোইনা তুমজে হায় অতুগা ঐখোয় ইমাদি মাগী মথোং চ দবা কয়া তৌরমগনি। মমমতুদগী মথোং হুক্তবী নুপীসিগী মচা নুপীনবু করি অকবা ওইরমগনি খন্দুনা ঐবু হুঙ্গোইরতুনা ঙসি অয়ুক ময়ুম পাংনা চৎথ্রবনি, পাবুং।"

ইবোহল :— "করে, ইবেম্মা নংনা হায়রিবসি ইপা য়ারে অতুদা......।"

চন্দ্রজিনি :— "অতুদা হায়বদি করিনো পাবুং ?"

ইবোহল : — "ইপানা হায়বদি নহাক্না হায়রিবতু লোইনা চুমজরো অতুগু রূপচন্দ্র হায়রিবা নুপাসিগী অঙাওবা থৌওং অঙাওবা লমচৎ শাজং য়াম্না লৈরি, নংদি করিগু খংলোই।"

(ভাইদবা মওংদা খর অশাংবা অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই।)

চন্দ্রজিনি :— "পাবুং মহাক্কী অঙাওবা থৌওংশিং হায়ববু করি করিনো ঐভোন্দা অমুক্তা হায়বিয়ু।"

ইবোহল :— "রূপচন্দ্রসি ঐহাক্কা খোংনা লয়ীদা য়াম্না শাংনা নুমিৎ নিনি চুপনা লাকমিন্নবনি। শোংলবা জঙ্গল কয়া, পাক্লবা মী তাদবা লমহাং কয়া অমসুং তুরেল কয়া লানমিন্নরক্লবনি। মহাক্না মাংদা অতুগা ঐনা ভুংদা চৎখি। ঐহাক্না য়েংবদা মাগী হুহানবা অঙাওবা থৌওং অমম্না মাগী ছাক্তিন মানবা য়েমপাক্‌নৈ অমা য়াওরি, মতু থুপ্পোক থুপচিন য়াবা মওংনি। মতু নুংশা শারে তুপ্পে নোং তারে তুপ্তু অতুবু অচৌবা উগী মখোংদা পোখাবা মতমদদি মতু খন্দোক্লগা তুপ্পী। মসিবু অঙাওবা থৌওং নত্রনে ?"

চন্দ্রজিনিঃ— "পাবুং মহুন্দি অঙাওবগী থবক নত্তে অশিংবা মীনা তৌগদবনি মরমদি নুংশাদা চৎপা মতমদদি মাগী য়েম্পাক্তু খন্দোকতবস্থ য়াই, নুংশা মঙালদা কন্নিস্থ মী শিবা হৌনদে। অদুগা নোং তাবদস্থ মহু খন্দোকত্রবস্থ য়াই মরমদি নোং চোৎপদগী মী কনাস্থ শিবা য়াওখিদে। অদুবু উ অচৌবগী উখাদা ফমলিঙৈ মতমদদি মহু পানবা লিন নত্রগা ভতৈ হু চেনবা তিন মখল কয়াস্থ তারকপা য়াই। অদু নত্রংস্থ কোবথক্তা অকংবা উশা তেক্লকংস্থ য়াই। মানা মহু খঞ্জহুনা মাগী য়েম্পাক্তু খন্দোকচবা ওইরমগনি।"

ইবোহলঃ— "ফরে মহুমস্থ ঐ য়ারে। নংনা হায়বহু চুমলে লৌরশি। অদুবু মাগী অনিশুবা অঙাওবগী থবক অমনা মাগী খুরুম (উনা শাবা ফিনাৎকুম্বা) অমা য়াওরকই, খুরুমহু অশোংবা নাপী, জঙ্গল অমসুং তিঙ্খং মরক্তা চৎপফাও শুক্তোং ভোংলোই অদুবু পাং নত্রগা তুরেলগুবা লালমদাইদা মহু তোংলগা লানগনি। মসিবু অঙাওবা মথোং হুক্কবা থবক্কী হাইরোইদ্রা?"

চন্দ্রজিনিঃ— "পাবুং মহুস্থ অশিংবা জ্ঞান লৈবা মীনা তৌগদবনি। অপংবা মীনা কৈদৌনুংদা তৌরোই। মহুগী মরমদি অশোংবা জঙ্গল ওইহুনস্থ মীংনা উবা ঙম্বা ঙাক্তনি, তিঙ্খং লৈবা নত্রগা লমীদা ফত্তবা লৈবশিং মীৎনা উবা ঙম্বা ঙাক্তনি, তিঙ্খং লৈবা নত্রগা লমীদা ফত্তবা লৈবশিং মীৎনা উবনিনা লৈথোক্তুনা চৎপা য়াই অদুবু ঈশিংদা নুমহুনা চৎপা মতমদদি তারুবা অমসুং অথেনবা ঈশিং ওইহুনস্থ ঈশিং মনুংদা কন্নি লৈবা কনানহু উবা ঙমদে, খংবস্থ ঙমফম থোক্তে। মরমসিনা হুপাহুনা ঈশিং নুমলমদাই মতমদা মাগী খুরুমহু লোংথাক্লগা তোংবা ওইরমগনি।"

ইবোহল :— "ইচানা লৌশিং লৈবী বুধি লৈবী অমা ওইবসিদা ইপানা চাওথোকচরিবনি, মুংঙাইজরিবনি, অদুবু ইবেম্মা মুপাদু খর খরদি ভাওবা মাল্লেদা। মাগী অদুমগুরা অঙাওবা ৰাঙাং অমনা মাগা ঐগা অসুম লাকমিন্নবদা ঐনা ঐখোয়গী লৌদু খুৎনা থিন্দুনা তাকই অদুগা মঙোন্দা ঐনা হংলমই, ইকুগী লৌ অসে ফজবরা? মদুদা মহাক্না খুমকই, 'ইকুগী লৌসিবু য়াম্মদি ফজরে অদুবু মসিবু অচা লৌরা - চাদ লৌরা হংলকখি। ঐনা পুক্নিংদা খনখি মাগীসি অঙাওবা ৰাহংনি। লৌ লৈনরিবশিংসি ৎচা লৌ চাদ লৌ হায়না লৈনবা কনানসু য়াউরম্লোই।"

চন্দ্রজিনি :— "মদুদি পাবুংনা হেন্না ভাওরে।"

ইবোহল :— "কৈদোবগী ঐবু অঙাওবনি হায়দোরিবা?"

চন্দ্রজিনি :— "পাবুং, অচা লৌ হায়বদি ইশাগী লৌ ইশানা উজবা অদুগা চাদ লৌ হায়বনা মীগী লৌ, ৰাইদুনা উজবা। অদুনা মানা হংখিবদু ইশাগী লৌরা নত্রগা মীগী লৌরা হংজবনি।"

ইবোহল :— "ইবেম্মা, নহাক্না হায়রিবশিংসে ইপা লোইনা য়ারে অদুবু মাগী মরিগুবা অঙাওবা রা অমগা অমুক হায়গে, অমুক্তা ভাও। মাগা ঐগা শাংলবা লনশাংসিদা খোঙবু ওইমিন্নরকপদুদা মাগী চিংলেম্বা মশক মতৌ হং তপ্পা, ৰাঙাং শাঙাং ফজবা, লাইরিক লাইশু য়াম্না হৈবা অমসুং অচৌবা মন্ত্রীগী মচানি হায়বদুদা নহাকপু মঙোন্দা পীরে - থাজরে হায়খি। অদুদগী মানা ঐঙোন্দা ইকু ইবুঙো হায়না কৌবা হৌরকখি। অসুম লাকমিন্নবনা ঐখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌশিন্নকপদা ঐনা মঙোন্দা হায়খি — ইবুঙো মাংদা উরিবদু ইকুগী য়ুম্নি, ফজবরা য়েংউ। মদুগী ৰাহংদুদা মহাক্না খুদকখি— ইকু ইবুঙোখোয়গী য়ুমসি য়াম্নদি ফজরে অদুবু মনাতোন্দি পান্দে। ঐনা পুক্নিংদা ইথন্তা খনখি, য়ুমশাবসিবু মনাতোন পানবা হৌনব্রা, মসিগী পাখংসি খর খরদি ভাওরম্বা ভাই।"

চন্দ্রজিনি :— "পাবুংদি অহল ওইরবস্থু ভাব য়াম্না তাবা ব্বাংলি। ঐখোয়গী য়ুম অসি ফনা ফজত্নুনস্থু মমাং শঙ্গোয় য়াওদে, মমাং শঙ্গোয় য়াওদবনা মনাতোন পান্দবগা মান্নরে হায়রিবনি। য়ুম অমগী ফজবসি মমাং শঙ্গোয়না মনাতোন পানবগুম ফজহনবনি। মহাক্না হায়রম্বা পুম্বা অচূম্বা লৌশিনবা য়াবা ব্বা ডাক্তনি। মহাক অডাওব্বা নত্তে য়াম্না শিংবা মীনি, পাবুং।"

ইবোহল :— "ইবেম্মা, নহাক্না হায়রিবশিংসে তারগা ইপানা অপংবা হায়বহ্ন ওইরম্লে। ইপা য়ারে মুপাহ্ন অডাওবা নত্তে, অশিংবা মী অমনি। মহাকপু কদাই য়ৌরন্নগনি হৌজিক। তান্নহনা মাবু ফারগা মফমসিদা পুরক্লবা করি উপাই লৈগনি নং অমুক্তা খল্লু।"

চন্দ্রজিনি :— "পাবুং মহাকপু অমুক ফাবা খোংপা তৌক্লদ্রবস্থু ঐনা লাকউ হায়রগা মখোং থোংনা থুনামক হেক্তা লাকচগনি। পাবুংনা মহূগী করিস্থু ব্বাবিরুনু।"

ইবোহল :— "অত্নুদি ... ... নংনা লাকউ হায়রগা হেক্তা থুনা লাক্লদবা মুপা ওইরবদি রুপচন্দ্রনা য়ুমসি থাদোক্লনা চংহনখ্রিবসি নহাক্না ওইরে।"

চন্দ্রজিনি :— "ঐনা নত্তে, পাবুং, ইমানা চংহনখিবনি। ইমাগী মওং মতৌজুনা তানথোকখিবনি অমস্থুং ঐবু হঙ্গোয়খিবনি।"

ইবোহল :— "য়াম্না শাংনা ডাংনবা কান্নদে। থর থুনা চংলগা মুপাহ্ন কৌরুনবা উপাই অমা তৌদবা য়াদে, জিনি।"

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক —

— — —

## - অহুমশুবা -

চাওবা :– "ইচে জিনি (চন্দ্রজিনি)! মীগী য়ুমলক অমসুং শুমাং ফাওদুনা চেন্না চেন্না চৎলিবদি কদাইদনো?"

চনদ্রজিনি :— "ইবুঙো চাওবা, 'সিদা অমুক্তা থুনা লাকউ, বা অমত্তা হায়গে।"

চাওবা :– "ইচে, করি হায়গে?"

জিনি :– "নখোয় পুখ্রিদগী পোমশাৎনবা য়ান্না ফজবা থম্বাল অমত্তা থুনা হেক্লকউ অদুগা থম্না অপাকপা অমসু য়াওরকউ। খর থুরকউ ইবুঙো।"

চাওবা :— "থম্বালসি য়ারদরা অমুক্তা য়েংউ। অদুগা থন্নানা 'সিদা লৈরে।"

চনদ্রজিনি :— "য়েংঙোই, নখোয়গী শঙ্গোলদগী শন্বী খরা থগ্নাসিদা হাপলগা পুরকউ। খরা থুরকউ ইবুঙো।"

চাওবা :— "ইচে, শন্বীসে সিনা য়ারগব্রা? নংনা চংকদৌরিবদু কদাইদনো? ঐসু লাকে ইচে।"

জিনি :– "চৎসি লাকও চাওবা, লম্বী অচৌবদু তানবা 'সোমদা অমুক শমজিনশি।"

চাওবা :–"ইচে জিনি, ঐখোয়না অসুক থুনা চৎলিবসিগী কনাগী য়ুম-দনো, করি তৌদৌরিবা?"

জিনি :– "চাওবা নংনা পুরকপা শন্বীদু লম্বীসিগী ময়াইদা থম্মু।"

চাওবা :— "ইচেনা শম্বীগী ময়াইদা নংগী থম্বালদু য়ুংশিন্দুনা থম্লীবদি করি তৌরিবা ?

জিনি :— "লাকও, য়ুমদা হল্লসি চাওবা।"

— মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক —

( লম্বী ময়াইদা তৌরম্লিবদু য়েংলগা )

রুপচন্দ্র :— "ইশ ! লম্বী ময়াইসিদা শম্বী মথক্তা পোমশাৎনরবা ফজরবা লৈরাং থম্বাল অমা চপ য়ুংশিল্লগা থনম্লীবা অসিদি ... ... । মসিনা তৌক্লিবদি ওন্নাংএনা লুহোংখিবা নুপী চন্দ্রজিনিনা তৌরম্বা থবক্কি ভাকপনি। মসিনা হায়রিবদি, এনা মহাক্কী মমাবু হঙ্গোয়খিবা অমদি তুকচখিবদু মমানা ফত্তবা শম্বীগুম ওইজরবসু মহাক্কি লৈরাং থম্বালগুম নিংথিজবীনি হায়বনি। অদু ওইরবদি অমুক হল্লগা চন্দ্রজিনিবু এগী নুপী ওইনা লৌদবা য়াদে।"

× + ×

(রুপচন্দ্র অমুক থুনা হল্লক্লগা চনদ্রজিনিখোয়গী য়ুমদা চংলক্লে অদুগা মাঙ্গোলদা ফম্লীবা মকুবোক্তা খুরুমই অদুগা হায়রকই—

রুপচনদ্র :— "ইকু ইবুঙো, এবু ঙাকপীয়ু এনা লানখ্রে ... ... ।"

ইবোহল :— "এ, এ, য়ারে, য়ারে ইমুংদা চংউ, নফী নরোল হোংদোকউ।"

( মোমোন নোক্লগা )

চনদ্রজিনি :— "ফিরোল হোংদোক্লবা সোমদা লৈরে।"

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক

× × ×

রুপচনদ্র ঃ— "জিনি ... ঐগীনাক্তা ফম্নোলাও। নঙোন্দা ব্বা অমত্তা হায়গে নিংবনি অহুবু কাংথোকপা ঙমদনা লৈরে।"

জিনি ঃ— "য়াম্না নুবা ব্বারা? করি ব্বানো হায়রো।"

রুপচনদ্র ঃ— "ঐনা নংগী নাক্তা লৈরিবসি থা অমগা নুমিৎ হুম্নি শুরে অহুবু ঐনা করিগী ইমাগী পাবুংগা থাদোক্লগা নখোয়গী লৈবাকসিদা য়ৌরক্লিবনো, নহাক্তি খংলম্লোই। অহুগা নংদি হংবস্থ তৌদে।"

জিনি ঃ— "মহু হংলুরগা, য়াম্না থিগৎলুরগা ঐবু হুন্দোক্লুনা চৎপীখিগদ্রা ক্বিজবদগী হংজদবনি। ... অদো হায়বিরো।"

রুপচনদ্র ;— "নংস্থ খংলবনি ঐখোয় ইপাহু লৈবাক্কী অচৌবা মন্ত্রিনি। নোংমা ঐখোয় লৈবাক্কী নিংথৌগা ঐখোয় পাবুংগা অচৌবা জঙ্গল অমদা শা তানবা চৎলমই। নুমিৎ অহুদা শান্থ অমত্তা ফাবা ঙমদ্রবুনা জঙ্গলতুদগী মমদ্রিক্তৈদো থোরক্কবা হোৎনখি। নিংথৌনা অচৌবা পাং অমগী মনাক য়ৌরকপদা খংহৌদনা ঈশিংদগী অচৌবা খাবক (ডা) অমা কংফালদা ফল চোংখৎলক্রগা নিংথৌবু য়েংলগা ফাক ফাক নোক্রমই হায় অতুদগী ডাহু ঈশিংদা অমুক চোংথাখ। করম্বা লাইনা ডাগী মশক লৌরগা করি খুদম তাক্লিবনো কনাস্থ হায়বা ঙম্লখিদে। ডানবু ব্বা ডাংবা নত্রগা নোকপা হায়বসি মীওইবগী ইতিহাসতা অমুক্কস্থ তাখিদ্রি।"

জিনি ঃ— "য়াম্না তানিংঙে, অতুদগীদি করম তৌগ্রবা?"

রুপচনদ্র "অহুদগী নিংথৌহু ইকাইবগা নুংঙাইতবগা য়াম্নশিত্তুনা চংমিন্নরিবা ঐখোয় পাবুংদা ওনশিন্নগা হংখি ডানা নোকলমবগী মরমহু খংব্রা হায়না।"

জিনি ঃ— "মহুগী পাওখুমহু ইহু ইবুঙোনা করম্না পাওখুম পীখি?"

রুপচন্দ্র :— "পাবুংনা নিংথৌদা থংজদে হায়না খুমখি। অতুদগী নিংথৌনা শাওরুপ তৌনা হায়খি মন্ত্রি ওইরগবু ঙানা নোকপগী মরমসি করিগী থংম্নিবা। নুমিৎতুদগী হৌবগা নুমিৎ মঙানি ফাওবগী মনুংদা থংনবা তৌগদবনি, মতু নত্রবদি বিচার তৌদনা নিংথৌনা পাবুংবু অঙাং ওলহনগনি হায়না সনা য়াথং তৌখি।"

জিনি :— "মথাদি করম তৌরবা ?"

রুপচনদ্র :— "ঙানা নোকপগী মরমতু থংদবনা ইমাগা পাবুংগা অবাবা চিন্তা তৌদুনা লৈরমই। ঐনা ওয়মথৈ হোৎনহনা পাবুংগী অবাবা দশাতু কোকহন্নিংখি। ঐনা পাবুংদা ঙানা নোকপগী মরমতু অখণ্ড অহৈশিংগী মনাক্তা চৎলগা হংলুনবা হায়বমই। পাবুংনা নিংথৌদা চৎলগা থা অহুমগী মতম পীনবা হায়জরুনবা ঐনা পাবুংদা ভকশিল্লম্মই। নিংথৌনা য়াবিববদা ঐহাক্না মফম খুদিং চৎলগা বাহংতুগী পাউখুম থিনবা হোৎনবদা নখোয় পাবুংগা থেংনবনি।"

জিনি :— "পাবুংগা থেংনবদগীদি করম তৌরবা ?"

রুপচনদ্র :— "অতুদগী নংগীফজবা নিংথিবদা ঐ ঙাওখ্রে। থাপ্না লৈহৌরবা পাবুংগী অরুবা বাফমতুফাও কাওথোকপগুম তৌরে।"

জিনি :— " অতুদি ইমাগা পাবুংগা নহাকপু ঙাইতুনা লৈরমগনি।"

রুপচনদ্র :— অতুনি, ইমাখোয়না ঐবু করি হায়রমগনি ? ঐবু লাকপবা য়েংতুনা লৈরমগনি। পাউখুমতু ফংদ্রবসু ঐ য়ুমদা অমুক্তা থুনা চৎলুগে। য়াম্না থুনা অমুক হল্লকে। ইমা অমদি পাবুংগী বা অমত্তা য়াওদনা ঐনা নংবু লুহোংহনা লৌবসি পুক্নিংদা অকিবা অমসু লৈরে। মখোয়গী অয়াবা ইঙ্গিৎ অমা হেক ফংবগা নংবু থুনা লৌবগে।"

জিনি :— "পাবুং অমদি ইমাগী অয়াবা য়াথং ফংদ্রবদি ঐদি মাজবেনে। অহল লমনগী অয়াবা য়াথংগা লোইননা লাকদবা নুমিৎতু ঙাইবদা

মনাইদি য়াম্না য়াগদৌরি। অহুনা য়াবা ওমজরোই।"

রূপচন্দ্র :— "নত্তে জিনি, নংনা ঐবু লাম্না লৌরে। য়াম্না লুরিবদি য়ুমদা চংখ্রিবৈ মমাংদা ওানা নোকপগী মরমতু অখং-অহৈ কয়াগী মনাক্তা চৎতুনা হংলুবা তারি। পাওখুম ফংঙ্গবদি য়ুমদা চংলুবা য়াদে।"

চন্দ্রজিনি :— "মফম অথাপ্পদা য়াম্না য়ানা খিরুপ্রবসু মনাক্ত ফাৈবী মনাই মুবীনা ওানা নোকখিবতুগী মরমতু খংজে। খাবক ওাতুনা নোক্লিবতু করি অর্থনো ঐনা হায়বা ওমজগনি অহুবু অতোপ্পা মীদদি হায়বা য়াদবা য়ানি।"

রূপচন্দ্র :— "অশেংবরা জিনি! ঐওোন্দগী অমদি লৈবাক্কী মস্ত্রি ওইরিবা পাবুংদগী নহাক্না হেন্না বুধি লৌশিং লৈরম্বসি ঐগী য়াম্না চাও-থোকচনিংওাইনি। মী অতৈদা হায়ম্রবসু নপুরোইবা ঐওোন্দা তুমিন্না অমুক্তা হায়রু, ওানা নোকপতু করি হায়রিবা অর্থনো ?"

জিনি :— "হৌজিক হায়রিবা নিংথৌতুগী মমাংদা নত্রবদি হায়বা য়াদে।"

রূপচন্দ্র :— "ঐওোন্দা তুমিন্না হায়বসু য়াদবা য়ারা ?"

জিনি :— "য়াদে, হায়রিবা নিংথৌতুগী মমাংদা ঐ ফজনা হায়জগে।"

রূপচন্দ্র :— "করে, ঐখোয় অনি হয়েংদগী ঐখোয় য়ুমলোমদা চংলসি।"

জিনি :— "হয়েং চৎপা তারবদি ঐখোয় ইমাগী পাবুংগদসু অমুক্তা হায়রুসি।"

... ... মিউজিক ... ... মিউজিক মিউজিক ... ...

★ ★ ★

## ( মরিশুবা )

(রূপচন্দ্রগী মপা মন্ত্রীগী য়ুম)

রূপগী মমা ঃ—“রূপগী মপাবুং, ভরাং ঐগী মংদা ইচাহু উরমই। থবক বানা শুরুবগী নত্রগা লম্বী লমশাং চৎপগী য়াম্না চোকথরবা মাল্লি, মচিনবান থক থক কংনা য়াম্না চোকথবা মওংদা উজাও অমগী মথাদা চিন্তা তৌহনা লৈরমই। মাগী তুং ওইরপনা মশক মতৌ য়াম্না নিংথিজবী নুপী অমহু লেপ্পনা লৈবা উরমই।”

মন্ত্রী ঃ— “ভাইখো রূপচন্দ্রনা চৎখিবসি থা অনি হেল্লিল্লক্রে অহুবু ভসিফাওবা মাগী পাও অমত্তা তাদবসিবু করি তৌরবা জাংনো। নিংথৌহুগী বাহংগী পাউথুমহু ফংত্রবা জাংনা?”

রূপগী মমা ঃ— “এ! এ! যেংভো ইচানুপা রূপচন্দ্র ফোস্থাংদা নুপী অমগা লেপ্পনা লৈরে!”

মন্ত্রী ঃ— “হৈ মমা, থুরকউ মৈ কা পুথোরকউ ইচা ওম্বা তৌসি।”
রূপচন্দ্র ঃ— “পাবুংগা ইমাগা ঐখোয় অনিনা ভক্তি কচ্চরি।”
(মখোয় অনি চপ মান্নবা খুকমজবা)

মন্ত্রী ঃ— “এ, এ, যারে! য়ারে! ইচাগা ইমৌগা ইমুংদা চংলসি। ইমুংদা পোথারো। লমশাং চৎপগী য়াম্না বাবলগনি।”

× × ×

রূপচনদ্র ঃ— “পাবুং, নিংথৌনা হংখিবা ভানা নোকখিরগী মরমহু থংদে অহুবু ঐগী নুপী ওইনা পুরক্রিবী জিনিনা থংভি হায়। মহাক্কা ঐভোন্দা হায়য় হায়বহু য়াদে। মানা নিংথৌগী মাংদা যজনা হায়গনি হায়।”

মন্ত্রী :— "য়াবে, য়ারে, ইমোনা খংলবস্থ চপ মারে। অহুবু ইবেম্মা, নপুরোইবদা হায়নিংম্নবস্থ ঐগোন্দি হায়বা য়ারোইদ্রা?"

চন্দ্রজিনি :— (মকোক নোম্না খোঙ্গেল নৌনা হায়বকই)। "ননাইবু ঙাকপীয়ু, ইকু ইবুঙোগী মকমদস্থ হায়জবা ঙমজরোই। হুযেং নিংথৌগী মাংদা ফজনা হাযজনিংই।"

মন্ত্রী :— "ফবে, ফবে, পোথাবো। হুযেং কোন্নুং কারসি অহুগা বাজ সভা ময়াইদা হাযবো।"

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক

× × ×

নিংথৌগী বাজদববাবদা অঙম অথৌ, ফম্নাইবা, মন্ত্রি অমদি সেনাপতি, লৈবাক্কী লুচিংবা কযাম্মী বাবী বাভাই তৌবগী মখোল তাবা। ময়ামগী বাবী বাভাই তৌবগী মখোল পুন্নমক চপ লেপখি, তুমিন তুমিন লৈনখি, নিংথৌ লেংথাবক্লনা সিংহাসন্দা লেংশিনবা মতমদা।

নিংথৌ :— "ইপু মন্ত্রী, লৈবাক্কা ইপুবু লৌশিং চাওবনি হাযনবিবনি। ঐহাক্কা ইপুদা হংজখিবা বাহংতুগী পাওখুমদু লৈববা? ইপু মন্ত্রিগা থানখিবা মতমদি যৌবক্কাদাবে।"

মন্ত্রি :— "ইনিংথৌ সনা পুক্লিং ইংথবীগনি। সনা বুধি তৌবিয়ু। ননাই নপুদি অহল মতম ঙইবক্রে। ঙানা নোকপগী মবমদু ননাই ঐনা ইনিংথৌ সনা মাংদা হঙ্গংচদ্রবস্থ ঐগী ইমৌঙুপী লৌশিং চাওবী, তুংদা লেপলীখি অসিনা সনা মাংদা হঙ্গংচগে হাযজরি। সনা য়াথং তৌবীয়ু। ননাই ইমৌঙুপী অসিনা হায়বা য়াহনবীয়ু।"

নিংথৌ :— "য়ারে য়ারে। মন্ত্রী মযৌ সভাগী ময়াইদা কংশিলনগা হ'য়রো লাও।"

রূপচন্দ্র :— (চন্দ্রজিনিগী নাকোং ময়াদা) "নকোক খুয়গা নিংথৌদা হায়্যা অত্তুদগী অকোয়বদা লৈরিবা অঙম-অথৌ, ফম্নাইবা পুম্বা অমস্তুং নুচিংবশিং পুম্নমক খুরুম্মু অত্তুদগী ইচং থৌনা ইন্দিংথৌদা নংনা নিবেহ্ন হায়গদবনি।"

অঙম্বা অমস্তুং ফম্নাইবশিং ইবাং লাংনা হায়নরকই, "ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা লৈবিবা অখঙ-অহৈ কয়া, লাইরিক হৈবা কয়া পণ্ডিৎ কযা অমদি মাইবা মাইবী কয়ানা বাহংসিগী পাউথুম পীবা ঙমদ্রগা নুপীমচা চহি ১৫–১৬ কী মৌ অসিনা পাওথুম অসি পীগনি হায়না থোরক্লিবা অসি অঙকপা অমনি।"

ফম্নাইবা অমা :— "ভাইখো, অমুক্তা ময়াম লাংবিখিনু। করম্না পাওথুম পীবনো হায়রবত্নু অমুক্তা তাশি।"

চন্দ্রজিনি :— "ইনিংথৌ, ননাই তোংবীনা সনাচরন্দা নোল্লুক্লা খুরুমজরি অত্তুগা রাজ সভাসিদা তিনবীরিবা অঙম অথৌ পুম্নমকপুম্নু ননাইনা খুরুমজরি।"

নিংথৌ :— "মন্ত্রি মমৌ! ইবেম্মা নহাক্কী মীংসিবু চন্দ্রজিনি কৌই হায়বসি অচুম্বরা?"

জিনি :— "সনাম্নাথং তাকপীরিবত্নু অচুম্বনি।"

নিংথৌ :— "মন্ত্রি মমৌ, ঐনা বাহং অসি হংদ্রিডৈদা বাবী অসি হাম্না অমুক্তং তাখ্বা। ঐগা নংগী নত্নু ইবুঙোগা উমং অচৌবা অমদা শা তানবা চৎলমই। অযুক্তগী নুমিৎ তাংগদোরবফাও শা অমত্তা ফাবা ঙমলমদে। শা অমত্তা কাদনা উমংত্তুদগী ঐখে য় থোরক্লখি। ঐখোয়না থোরকপদা অমুক্তা উখিল্লিবা অচৌবা পাৎ অমা থেংনরমই। পাৎকী ঈশিং অক্নবত্নু উরুবদা ঈশিং থক্কে নিংত্নুনা পাৎ ময়াদা চংশিল্লুই অত্নুবু থংহৌদনা চাওরবা থাবক ঙা অমা

কল চোংখৎলক্লুনা ঐবু য়েংলগা খাক্লা খাক্লা নোকখি। ঐখোয় অনি ওকপনা খম থেংখি। ডানা নোকপা হায়বসি অমুক্তা তাখিত্রি অত্নগা উম্নু উখিত্রি। নিংথৌ ঐবু অতম্না ডাতুনা নোক-লম্লগা ঈশিং ইয়াইদা অমুক চোংশিনখি। ঐগী বাহংদি, করিগী ডাতুনা ঐতবু যেংলগা নোকখিবনো?"

চন্দ্রজিনি:— "ডাকপীহৈবা ইনিংথৌ, ননাই ত্তোল্লবীবু ডাকপীগ। ননাইনা সনাচবন্দা বাহং অমত্তং হঙ্গৎচনিংই। ননাইনা পাওখুম অহু সনাচবন্দা পীত্রিবৈগী মমাংদা ইনিংথৌগী হৌজিক লৈরিবা বানি কয়া শুবগে অমুক্তা হায়বিয়ু।"

নিংথৌ:— "মন্ত্রি মমৌ, ঐহাক্কী বানিশিংগী মশিং করিগী নংনা খংবা যাবোইদৌবিবা? অশেংবা বানি কযা লৈবগে ঐনা নংডোন্দা হায়গনি। অদুবু নংনা হায়গদবা ডানা নোকপগী মবমগা ঐগী বানিশিংগী মশিংগা করি মরি লৈনরিবা?"

চন্দ্রজিনি:— "ননাই ডাকপীযু, মরি যাম্না লৈনৈ, ইনিংথৌ।"

নিংথৌ:— "মন্ত্রি মমৌ, ঐগী বানিশিংগী অশেংবা মশিংহু অমুক্তা হংখিগে।"

নিংথৌনা মনাই অচানবা অমা কৌশিল্লগা, "নহাক বানিশিংগী লৈকমদা চংলগা মখোয়গী অশেংবা মশিং পুনা কয়া শুবগে হংলুচা।"

নিংথৌগী মনাই অচানবা:— "ইনিংথৌ, ননাইনা হংজক্লবদা হৌজিক হৌজিক শুইনা বানি যাংখ্রে লৈ।"

নিংথৌ:— "মন্ত্রী মমৌ, হৌজিক হৌজিকমক ঐহাক্কী বানি যাংখ্রে লৈ। অদু শুইরবদি, হায়য়ু তাসি, করম্না ঐগী বানি মশিংগা ডানা নোকপগী মবমগা কমদৌনা মরি লৈনখিবা।"

চন্দ্রজিনি:— "ডাকপীহৈবা ইনিংথৌ, ননাইবু নমোম্মক্রি খনবীতুনা অপরাধ খিবিক ডাকপীযু। ইনিংথৌ, ননাইনা পাওখুম অসি

সনাচরনদা হঙ্গৎচবা মতমদা লংজখিবা থোক্রবদি ঐবু ঙাকপীয়ু হায়না ইনিংথৌদা অমুকন্থ হন্না থুক্রমজরি।"

নিংথৌ :— "মন্ত্রী মমৌ, নহাক্না পাওখুমহু পীবদা অক্সিবা চিংনবা অমত্তা নপুক্লিংদা থমগনু। ঐনা নহাকপু শাওবা খোৎপা তৌ-রোই হায়না সভাগী মাংদা ঐনা হায়রিবসিনি। হায়্যু তারসি ঙানা নোকখিবগী মবমহু করিনো ?"

চন্দ্রজিনি :— (মকোক খুম্রিবা ফিতু খজিক্লং হাইগৎলগা) হায়বকই— "ইনিংথৌগী বানি যাঙ্খেসিগী মবক্তা নহা পাখং অমা মুপীগী ফিজোল শেৎলগা যাওবে। শা তানবগী মুখিৎতুদা ইনিংথৌনা থেংনখিবা থাবক ঙা অতু ঈশ্বর অমনা ঙাগী শক্তম লৌরগা ইনিংথৌদা নোকখিবনি। ইনিংথৌগী সনা কোনুংদা থোকহৈদবা তৌহৈদবা থৌদোক থোক্লে, ইনিংথৌবু খজক্লো তাকখিবনি।"

নিংথৌ :— "মন্ত্রি মমৌ! ঐ ওস্থোক্লা ইকাইজে! নহাক্না অতুম্না পাওখুমলক্কনি হায়বা ঐদি নিংলুদে। মতুনা অচুম্বা ওইবত্রবদি ঐগী রানিশিং অমত্তা চিৎথদনা মতিক চাবা চৈবাক ফংগনি। অতুগা বাফমতুনা অবানবা ওইবত্রবদি নহাকন্থ মতিক চাবা চৈরাক ফংগনি।" অসি হায়বগা নিংথৌ মমাই ঙাংনা লুকথতুনা লৈখি।

সভা অতুদা তিল্লরিবা অঙম-অথৌ ফমনাইবা খরা, মাইবা মাইবী পুমনমক অমগা অমগা ওনশিন্নরগা চিবোন চিবোন খারী শাবগী মখোল তাবা।

মন্ত্রী :— "ইনিংথৌ, মমাইবু ঙাকপীয়ু। মমাই নপুদা সনা খাথং তৌবিয়ু, মমাইনা অঙমবা অম্বিগা লোইনরগা রানিশিংগী চাং-য়েংহু তৌজকগে।"

নিংথৌ :— "ইপু মন্ত্রিনা ফগদবা মওংদা শিনবীয়ু। অঙম্বা কনা কনানো থবা য়াওইল্লগা ইপুনা রানিশিংগী চাংবেংচ পাংথোকপীয়ু।"

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক

মন্ত্রী :— "ইনিংথৌগী সনা শঙ্গাইদা লৈরিবা ইবেম্মা রানিশিং পুম্নমক মপান্দা লেংথোকপীরকউ অদুগা ইনিংথৌগী অনৌবা সনা য়াথং অসি অমুক্তা তাবীয়ু।"

(বানি মযাম থোরকপগী মথোল তাবা)

রানিশিং :— "ইপু মন্ত্রি ইনিংথৌনা করম্বা সনা যাথং তৌরকপগে?"

মন্ত্রি :— "অঙম্বা নখোয বানিশিংগী লৈফমদা চংলগা যেংউ চিংথবা নাম্বহৌবা যাওববা? অদুগা মপান্দা লৈরিবা বানিশিংগী মশিং থিযু।"

অঙম্বা ১বা :— "ইপু মন্ত্রি, মনুংদা রানি কনাসু লৈহৌদ্র, যাম্না মুন্ন ঐখোয়না য়েংজক্লরবনি।"

অঙম্বা ২বা :— "ইপু মন্ত্রি, ঐখোযনা মশিং থিজবদা মপান্দা লেপ্লনো লৈবিবা রানিশিংসি মশিং য়াথৈ ওই।"

মন্ত্রি :— "ইবেম্মা বানিশিং, ইনিংথৌনা সনা য়াথং তৌবকই, নিংথৌগী বানিশিংগী মবক্তা মশা শেংবা চেংবা খোংপদা হৈশিংবা রানি খন্দোক্লগা সনা মোহব যাথৈ মনা পীগনি হায়বিরকই। মবমসিনা মাংদা লৈবিবা খোওবাল অসি চোংবা ওম্বা কনা রাওবিবগে অমমমতা ওইনা চোংদুনা য়েংবিরো।"

× + ×

অঙম্বা ১বা :— "ইপু মন্ত্রি, শিদা লেপলবা বানি অসি নঙনা অটৈ রানি ৪৯ দি চোংবা ওমদ্রে।"

মন্ত্রি :— "অদু ওইরবদি চোংবা ওঙ্গীবা রানী অসি মফি হোংহনা য়েংউ, নুপারা নুপীরা খংদবা য়াদে।"

অঙবা :— "ইপু মন্ত্রী, ঐখোয়না মফি হোংবদগী খংবা ওমলে নুপী ওইরমত্রে নুপা ওইরম্রে।"

মন্ত্রী :— "নখোয় খরনা মাবু ফাহনা থনজউ। কৈগুমশংদা পুন্ত্রিঙৈগী মমাংদা ঐ নিংথৌগী নাক্তা অমুক্তা য়ৌরখিগে।"

× × ×

মন্ত্রী :— "ইনিংথৌ, ননাই নপুনা মখোয় অঙবা অনিগা রানিশিংবু চাংয়েং তৌজবদা রানি নিফু মাপসদি ঐখোয়না চোংঙ, হাযবা খোংবান্দু চোংবা ওমত্রে অহুবু রানিশিংগী মরক্তা নুপা মানবা অমথক্তি খোংবান্দু ফজনা চোংবা ওম্রে। মদু ঐখোয়না ফাজিল্লগা কা অমদা মফি হোংহনা য়েংমবদা নুপা ওইরমলে, ইনিংথৌ। মদু ঐখোয়না ফাহনা ইনিংথৌগী নাক্তা পুজরক্লে। ইনিংথৌনা সনা বুধি তৌখিরগা মহাক্তা ফংবা য়াবা দন্দী তৌবিয়।"

নিংথৌ :—(অশাওবা খোনফমদা লাওরকই) "মশক্ত য়েংনিংদে, মহাকপু খুদক্তা অঙাং ওলহল্লু (শিবগী দন্দী)। অহুগা লেমহৌবা রানি নিফুমাপলহনা মরু কোক্লগা গুমু য়াইঙং লোইনা তৈয়ু। মখোয় লোইনমক কৈথেলদা পুথোক্লগা খুঙ্গোইনৌ। অহুদগী মখোয় লোইনমক কৈগুমশংদা থম্মু। মখোয় কয়া কুইনা কৈগুমশংদা থমগদগে হায়বহুদি হয়েং সভাদা অমুক খন্নরগা হায়গনি।"

নিংথৌত্ন ইকাইবগা শাওনিংবগা য়ান্নানা সিংহাসনগী কুমথরগা হায়রকই— "মন্ত্রি মমৌ, নহাক্কী নফমদা নিংথৌ ঐ মাইথিরে, নংনা হায়বহু অচুম্বা ওইরমলে। ওসিগী সভাদি অসিতাইদা লোইশিল্লসি।"

× × ×

— মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক —

( মণ্ডাণ্ডবা )

মন্ত্রি :- "ওসিগী রাজসভা অসিদা সেনাপতি, অঙম- অথৌ, কমনাইবা পুন্নমক লোইনমক লেংখিরক্কে অতুবু ইনিংথৌসি লেংখোরক্কে। অহান রাসিশিংগী চায়েং তৌখিবা থমিৎতুদগী ইনিংথৌনি মহাক্তা মমুংদা, কনামতা উন্নশি য়াদনা থোং লোনশিল্লুনা লৈত্রে। করম তৌনি হৌজিক লৈবাক্তা অক্কবা বাকম কয়া ইনিংথৌ য়াওদবনা থম্নবা য়াত্রে।"

সেনাপতি :— "ইপু মন্ত্রিনা ইনিংথৌদা থোং হাংদোকপীরু হায়জকুরবদি হাংদোকলকনি নিংজে। অক্কবা লৈবাক্তা বাকম কয়া থম্নগদবা লৈ হায়বিয়ু। ইপুনা নিংথৌদা অমুক্তা হায়তুনা য়েংবিয়ু।"

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক

মন্ত্রিনা নিংথৌগী সনা শঙ্গায়দা চংওক্লগা —

মন্ত্রি :- "ইনিংথৌ ননাইনা খুরুমজরি। ইনিংথৌনা রাজদরবারদা লেংথোকপিরক্কবা অসিনা লৈবাক্তা অক্কবা থবক থৌরম কয়া ইনিংথৌ য়াওদবনা লোইনা পল্লুমা লৈরে, অমত্তা পাংথোকপা য়াদরে। সনা বুখি তৌখিয়ু। রাজ দরবার ময়াইদা সনাথোও লেংনবা থোরসি।"

নিংথৌ :— (সনা শঙ্গাই মমুংদা) "হৌজিক ঐনা তৌগদবশি করিনো, মন্ত্রি অসিগী অঙাং ওইন্নিবী মমৌ খুপী অতুনা নিংথৌ ঐবু লৈবাক ময়াম মমাংদা ইকাইবা নংহনবা। অমরোমদনা মানিশিং মখোয়নসু তিন চংবা অমুনবা উইহেগুম পাথং নহা অমা মখোয়গী মরক্তা লোৎতুনা থনম্মা।"

নিংথৌনা থোং হাংদোক্লগা, পুক্লিংদা ইকাইখিবা, লুওাইতবা অমমুং শাওনিংবন্থ, খুম্নজিল্লুনা থয়গা,

নিংথৌ :— "ইপু মন্ত্রি, ঐগী রানিশিং লোইনা তাম্বোকখিবদগী ঐগী পুক্নিংসে লৈতাকম থংল্লে। পুক্নিংনা লাকশিনবা ওমত্রবা ইকাইবা, শাওনিংবা অমসুং ময়াম মনাংদা চোপ্পা নংখিবা অসিনা ঐহাকপু থবক অমত্তসু পায়থকনিংল্লে।"

মন্ত্রি :— "ইনিংথৌ সনা পুক্নিং ইথোক্নীয়ু। মচা অমনা অমানবা তৌহৈদনা থবক তৌরক্লা। ঐথোয়না করিগী ইকাইগনি অমসুং শাওগনি ?"

নিংথৌ :— "ইপু মন্ত্রি, ঐ রাজ সভাদা থোরক্লগে, লৈবাকী থবক কয়া ময়াম থল্লরসি। করি করি অরুবা বাফম লৈবগে হোবেন সভাদা ইপুনা পুথোকপীয়ু। মরুক অমা ইপু মন্ত্রিদা নপুনা বাহং অরুবা হংজগে "সুপাগা সুপীগা কনানা হেন্না শিংবগে ?"

মন্ত্রি :— (মচিন্দা মথক্কা মুকম মুকম শোন্নহুনা হায়রে) "লৈবাক অসিদা লৈরিবা অমং অহে অমদি মাইক্রিক লাইগু হৈরবা মুপা কমাসিনা খুম্বা ওমখিত্রবা নিংথৌগী বাহংবু মাগী মমৌ মুপীনা ইবাই লাইনা খুম্বা ওমখি। মসিনা তাকপদি মুপাদগী মুপীনা শিংবা হেল্লি হায়বনি।"

নিংথৌ :— "ইপু মন্ত্রি, করি খল্লিরগে ? মুপাগা মুপীগা কনানা হেন্না শিংবা হেল্লি হায়নিংবগে ?"

মন্ত্রি :— "ইনিংথৌ, ননাই নপুনা খঙবদা মুপীনা মুপাদগী শিংবা হেনগনি।"

নিংথৌ :— "ইপু মন্ত্রি, ইপুনা মুপীনা মুপাদগী শিংবা হেল্লি হায়বসি নিংথৌ ঐসু য়াজরে। অদুবু ইপু, চুম্বা অমুম হায়বনচি অর্থ থোক্কে। মহু থবক ওইনা উংপা অমা চট্টই। (মাবু মন্ত্রি মমৌনা ইকাইবা পীখিবহু লমন শিংনিংবগী মল্লোম লৈরগী খোন-কবদা) ওক্সিরবী হোরথা মুমিং মঙালি কাওরবী মমুংদা থরক

গুইনা পাংথোক্লনা প্রমান তৌদবা য়ারোই। করিগুম্বা মন্ত্রিনা হুমিং মঙানিসিগী মনুংদা থবক ওইনা প্রমান তৌব্রবদি অঙাং ওলহনগনি (হাংকনি)।"

মন্ত্রি :— "ইমিংথৌ, সনা য়াথংনি মহু, থবক ওইনা পাংথোকপা ওম্বা ওইজগে।"

মিউজিক ... ... মিউজিক ... ... মিউজিক ... ...

মন্ত্রিগী য়ুম।

রূপচন্দ্র :— "ঐখোয়গী পাবুংসে সনা কোজুংদগী হল্লকপসি মমাই ইঙাং ঙাংনা মমাই লুকথনা চংলকই। করি অমুক নিংথৌনা হায়রক্লবনো ?"

চন্দ্রজিনি :— "ইকু ইবুঙোনা য়ুমদা চংলকপসি থবাই য়াম্না লুংঙাইতনা চংঙকই ! কোন্না ইংনা তপনা ইমুংদা চংলক্লবা মতমদা মা হংবিয়ু।"

মন্ত্রি :— "রূপচন্দ্র, ঙসি অমুক নিংথৌনা বাহং অমা হংজিল্লক্লে, মহাক্না ঐঙোন্দা হংঙিবা "মুপাগা মুপীগা কনানা হেন্না শিংবগে ? ঐনা খনবদা ... ... ।

রূপ :— "পাবুংনা করি হায়না পাওখুমবিরবগে ?"

মন্ত্রি :— "ঐ ঙহাক খুঙ্কম খংদনা লৈক্লরে অত্তুদগী নহান ইমৌনা মুপা ময়ামদগী হেন্দোক থোইদোক্লা লৌশিং লৈবী উৎখিবত্থু নিংশিংলুরগা ঐনা ইনিংথৌদা মুপাদগী মুপীনা হেন্না শিংগনি হায়না পাওখুম পীরম্মী।"

রূপচন্দ্র :— "পাবুংগী পাওখুমত্থু তারগা নিংথৌনা করি হায়বগে ?"

মন্ত্রি :— "নিংথৌগী বাঙাংদা ঐ অমদি ঐখোয়গী ইমৌমুপীবু শাওনিংবা লমন খুননিংবগী বাখল য়াওবগুম তৌই। অত্থুদগী ইনিংথৌনা ঐগী পাওখুমত্থু মাহু য়ারে অত্থুবু থবক ওইনা প্রমান তৌব্রবদি য়াদে হায়রে। নিংথৌনা সনা য়াথং তৌরকই, মুমিং মঙানিগী

মন্নুংথা মুপীনা মুপাদগী শিংবা হেন্নি হায়রসি থবক ওইনা উৎতুনা প্রমান তৌগদবনি, প্রমান তৌবা ঙমদবা থোক্লবদি ঐহু অঙাং ওলহনগনি।"

রূপচন্দ্র :—"অহু ওইরবদি হৌজিক কমদৌবা তারি ? জিনি নহাকণ্ঙু হুন্নেয কমদৌনা থবক ওইনা পাংথোক্লগা প্রমান তৌবা ঙমগনি ?"

চন্দ্রজিনি :— "মহু থবক ওইনা প্রমান তৌশি হায়রবদি ঙসিমক নিংথৌগী সনথোং মমাংদা হৈনা - কুপ্পা যুম মচা অমা থুনা শাবিরো, অহুগা যুমথুগী মন্নুংদো তক্ক তুনাল কমুং মচা অমা অহুগা যুম অমা ওইবগী মচাক অতৈহু থম্বীয়।"

রূপচন্দ্র :— "যুম মচাহ শারে থরসি অহুগা কমদৌনা প্রমান তৌ-দৌরিবা ?"

চন্দ্রজিনি :— "যুম মচাহু হান্না অমুক্তা শাবিখো অহুগা ঐ হায়জগে। যুমথুগী মন্নুংদা থুদেং অমা, ঈশিং থর অহুগা শোগা বাইখুগা বোংজিন ময়াদা থম্বীরমউ। ইকু ইবুঙোগী নংগা যুমথুগী অকোহবদা থর থাপতক চৎতুনা ঙাক শেনবগুম লৈবিগদবনি অহুগা ঐমা ইথন্তা লৈবগুম যুমথুগী মন্নুংদা লৈগনি। ঐনা মপান থোরক্লুনা ইজিং তৌরকপদা ঐগী নাক্তা চংবিরকদবনি।"

রূপচন্দ্র :— "অহু ওইরবদি ঐ মী থর পুরগা যুম মচাহু শাবা চৎলে।"

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক

## - তরুকঁশুবা -

সনধ্যা য়াচংবা মতুং ঙহাক লৈরগা চন্দ্রজিনি মকোক খুম্নগা থুপ থাংদৈ থারগা য়ুম মচাতুগী মাঙ্গোলদা হুঁইং হন্দা চংতুনা লৈ।

অচৌবা ফমনাইবা অমা:— "ঙসি অহিংসিদি থাবলনা ফরিবা, নিংথৌগী সনথোং মনাক্তা লৈবা লৈকোলসিদগী পুক্রিং হুরবা লৈনম্না পুক্রিং অসি ইরাং লাংবগুম তৌই। ইশ! কনা কনানো নিংথৌগী সনথোং মনাক নক্লা য়ুম মচা অমা শাতুনা লৈরিবা? ইনিংথৌগী সনথোং মনাক্তা নত্রবদি অতৈ লম লৈরবা জাংলা? কনানো নিংথৌগী চৈথাক ফিদবনা?"

চন্দ্রজিনি:— "ননাই তোল্লবীনা থুক্রমজরি। ননাইগী হন্ন য়েংবদা কনামত্তা লৈজদ্রে। মনাই ইথন্তা লৈজে। ননাইনা উমজবা সেথা তৌজগে, ঐগী লাইরি শংসিদা লেংশিনবীরকউ।"

(মপুক্রিংদা ফজখ্রেদা সুপীসিদি, মরেপ থাংলগা চুং-ফিরাল চাবি, কুচু চৌথী অমসুং নাগী মশমসিনা ফজরিবা।)

ফমনাইবা:— "ইবেম্মা নহাক্তি মশক্লা নশক ফজরিবা, থবান মুক্তানা মিংথিজরিদা অমসুং ঙাংথোরকপা থোমফমলা হুপা পুম্নমক্তু গুম-হংমিংতাই গুইরিবা অতুপা মহাক্কী য়েংথোরকপা হুংশিবা মিংয়েংনা পুম্নমক্তু গুমহংপা ঙমগনি।"

চন্দ্রজিনি:— "অঙম্বনা ময়াই করিন্থু লৈতবী ঐবু পাংহায় হায়রিবে। মতুংদা লেংশিনবীরু অতুপা ইলরিবা মোরাম্বিদা কমখবীরু।"

ফমনাইবা:— "ইবেম্মা, নহাক্কী অত্তাবদা থজিক্লাং মতেং গুইথু লুপা খর অমিনা।" অসি হায়রগা জিনিগী বাকশি মচাহুদা লুপা

চান্দি খুজোক অমা হৈজিল্লি। অহুদগী মথা তানা ফমনাইবত্থুনা হায়রকই :— " ইবেম্মা নহাক্কী ফমুং মচাসিদি হৈনম লৈনম্মা পিক থনবগুম তৌই। য়েংবম্মা ওয়্যোক্রা নিংথিজৈ।"

চন্দ্রজিনি :— "অঙম্বা, ঐহাক্কী ফমুং মচাত্থুদা লেংখৎপীরগা ফজনা পোখাবীযু। ননাইনা কাংখলকা থাজরকে।"

(ফম্নাইবা অত্থুনা হেক হিপথবা মিযুপ্তা মপান্দা নিংথৌগী সনথোংদা লাওরকপগী মথোল তাই।)

অনিশুবা ফমনাইবা :— "হাই! হাই! কনানো? ইনিংথৌগী সনা থোং মনাক নক্কা যুম শাজিল্লিবা? যুম মচাসিবু মী লৈরবা অাংলা?"

(যুম মচাহুগী মমুংদা।)

অহানবা ফম্নাইবা — "ইবেম্মা, ঐদি করম তৌনি? ঐ কদাইদা লোংকনি? মপান্দা লাওরিবা ফমনাইবসি ঐভোন্দগী হেম্না চাওবা মুপানি। ঐহাকপু ফম লৌথোক্কে ওম্বা অতুগা অকনবা দন্দি পীগে ওম্বা ফম্নাইবনি। ঐ কদাইদা লোংকদগে অমুক্তা থুনা হায়বকও।"

চন্দ্রজিনি :— "অঙম্বা খর থুনা কাংখদা চংলগা ওহাক্কুং লোৎত্থুনা লৈবিযু।" অঙম্বহু কাংখদা চংত্থুনা লোংথ্রে থংলবা তুংদা চন্দ্রজিনি মপান্দা থোরক্লগা "ননাই তোল্লবীনা থুক্রমজরি। ননাইবু ওাকপীযু। ননাই ঐহাক্কী হুন্ন য়েংবদা কনাহু লৈত্রে। লাইবক থিরবী ননাইনা যুম মচাসিদা ইথম্বা লৈজে। তোল্লবী ঐহাক্কী খাংপোকশং অসিদা লেংশিনবীবকউ, অঙম্বা সেবা তৌজগে … ।"

অনিশুবা ফম্নাইবা :— "ইবেম্মা, নহাক্কি নশক নতৌনা ফজরিব্বা, মুপী অমদা চেনগদবা গুন শুম্নমক নঙোন্না অাংপা অমত্তা লৈতে। নহাক্কী শাংলবা শম, নিংথিবা শবান, মুক্তী অমমুং

নিংখিবা মীৎয়েং নায়েংসিনা মুপা কনাদু ওমহৎতবা ঙমলোই। হায়য় নিংখিবী নহাকপু নঙ্কিং করি কৌবগে?"

চন্দ্রজিনি:— "ননাইগী মিংদি "জিনি" কৌই। খুদা 'সোমদা অমুক্তা লেংশিনবীয়ু।"

অনিশুবা ফমনাইবা:— "ইবেম্মা, শে মসি লৌশিল্লু, নাংগী লৈত-লাইরবস্থ মসিনা মতেং থরদং ওইনবনি।" অসি হায়রগা মুপা চাশ্লি খুজোক অমা জিনিগী বাকসি মচাত্নদা হৈজিল্লে।

চন্দ্রজিনি:— "ননাই ঐহাক্কী ফমুং মচাসিদা পোথাবীয়ু, ঐ কাংথল থাদজগে।"

(অনিশুবা ফমনাইবনা জিনিগী ফমুং মচাত্নদা হেক হিৎথবগী মিকুপ্তা মপান্দা নিংথৌ থোরক্লনা খৌদেম্বগী মখোল তাই।)

নিংথৌ:— "অহম! কনা কনানো নিংথৌ ঐহাক্কী সনথোং ময়াদা যুম শাত্না লৈরিবা? কনানো নখোয়বু নিংথৌগী দন্দি কিন্দবরা?"

(যুম মচাত্নগী মনুংদা।)

অনিশুবা ফমনাইবা:— "ইবেম্মা, ঐদি শিরেদনা! ইনিংথৌনা ঐবু নফমসিদা থেংনরবদি তকনবা চৈরাক ফংগনি। ইবেম্মা ঐগী থবাইসি অমুক্তা কন্নু। লোৎপা য়াবা মফম অমত্তা তাকউ।"

চন্দ্রজিনি:— "অঙম্বা 'সোমদা খর থুনা কাচিন্দা লৈরিবা ফৌ বোরা অসিগী মরুমদা পিকশন্না পাকথবীয়ু, ঐনা বোরা অহাংবা অমা অনিনা কোক্তা কুপথরকে।"

নিংথৌ:— "হাই, কনা লৈ য়ুমসিদা? য়ুম শাফম ইরৈ লৈতবগুম ঐগী সনথোং মনাক্তা য়ুম শাত্না লৈরিবদি নিংথৌ ঐবু কিদত্রা?"

চন্দ্রজিনি:— "ইনিংথৌ! ননাই তোল্লবীনা সনাচরন্দা খুরুমজরি। ননাই ঐদি তোল্লবীনি, হন্না য়েংবদা ঐগীদনক কনাদু লৈত্রে।"

ননাইনা মকমসিদা লৈরগা জিবিকা ওইগদরা মিংহনা লৈজখনি। নমাই তৌজবীবু ভাকপীয়ু।"

(নিংথৌহ্ রানি ময়াম লোইনা তাম্থোকখিবনে অমসুং চন্দ্রজিনিগী মশক মতৌ কনবীদুলে, মৈ চারুথংলকপগুম শাওগংলম্বহ্ ঈশিং হৈজিন্দ" নিংথৌ মীখে হেথথরে।)

নিংথৌ :— "ইবেম্মা, নহাক্তি নশক নতৌ য়াম্না ফজৈ। নহাকম্না ফজবী মিংথিজবী নিংথৌ ঐদি অমুক্তম্ উথিদ্রি। নগী কনবদা নিংথৌ ঐ ভাওরে। ন'না মকমসিদা যুম শাহন্না লৈবা নিংথৌ ঐমা ম্নারে"

চন্দ্রজিনি :—"ইনিংথৌ মসুংদা লেংশিনসি, ননাইনা ভম্না সেবা তৌজগে।"

নিংথৌ :— "ইবেম্মা, নহাকী যুম মচাসিদি মসুংদা যাম্না তরু তনাম্লি, হৈগী মনম লৈগী মনম্না পীক থনবগুম ওৌই।"

চন্দ্রজিনি :— "ইনিংথৌ, সনা পুক্লিং ভপথবীয়ু, 'সিদা লৈবিবা মোরাসদা লেংশিনবীয়ু, ননাইমা খুদেংসিদা ঈশিং অশাবনা সনা চয়ন্দু অমুক্তা শেংদোবচগে।"

নিংথৌ :— "নিংথিবী ইবেম্মা, নহাক্তী লৈত লাইববদা মতেং ওইনবা সনা কৌহব ভব্যসি নহাকী বাকসি মচাহুদা থরা হাপচিনু।

চনদ্রজিনি :— "ইনিংথৌ, ননাইবু খৌগনশোন ব্যাবহাব থংদে হায়না লাংজখিবা লৈববহ্ ননাই থংজদ্রিবীনি থম্বীহনা ভাকপীয়ু। ননাইগী কমুং মচাসিদা লেংখৎপীয়ু অহুগা পোথাবীয়ু। ননাই কাংকলা থাজরকে।"

নিংথৌ :— "ইবেম্মা, অহুদি নহাকী নিংথিবা কমুংসিদা ঐ পোথারগে।"

চন্দ্রজিনি :— "মমাইমা কৈজুপ চিংথৎচরমগে অহুগা খুদেংদগী সনা খোঙ শেংদোকপগী খোংজুমসি মপান্দা অমুক্তা সুবোকচগে।"

(নিংথৌদা অসি হায়রম্নগা চনদ্রজিনিনা মপান্দগী খোং লোনশিন্দুনা

পুনা পানশিল্লগা লোনশিল্লখী। মহারাজ যাত্রচন্দ্রদা অনকপদা লৈরিবা মপুন্নোইবা রূপচন্দ্র অমসুং মকু ইবুঙো মন্ত্রিগী মনাক তম্না থুনা য়াংনা চেনশিল্লকই। মখোয় অহুম চন্দ্রজিনি, রূপচন্দ্র অমসুং মন্ত্রি মযুম য়োরক্লে।)

অহিং খেংলবা ফাও চন্দ্রজিনি ইমুংহুদা চংলকত্রবদা নিংথৌ ফমুংদগী হৌগৎলে। খোঙ তম্না চৎতুনা য়েংলুবদা মপান্দগী শো লোনবহ্ নিংথৌনা খংলে। অহুদগী নিংথৌনা মাগী মন্ত্রিদা হায-খিবহ্ "নিংশিংলক্লে, "সুপাগা সুপীগা কনানা হেন্না শিংবগে ?" অহুদা মন্ত্রিনা খুমখিবহ্, "সুপাদগী সুপীনা শিংবা হেল্লি।" অহু ওইরবদি ঙসিদগী অহিংদা নিংথিজবী সুপীহ্ কনানো মখন্নু হুংজরবদা প্রক্লিংদগী পাওখুম পীরকম্নি। অতে কনাস্তু নত্তে, সুপীহ্ মন্ত্রি মমৌনি।" নিংথৌহ্ উপাই শৈত্রহুনা ফমুংদা ফমথবদা কাংখদা লোংলিবা অহানবা ফনমাইবহুসু খোরক্লগা নিংথৌ মাংদা দনবোৎ তৌহুনা মাগী মবান ঙাবকীয় হায়জখি। অহুদগী বোর্না মরুমদা লোংলিবা অনিশুবা ফমনাইবা খোরক্লুনা নিংথৌদা দন্দবোৎ তৌহুনা ঙাকপীয় হায়জখি। নিংথৌ অমদি ফমনাইবা অনি মখোয় অক্লম সুমিৎ মঙানি চুপ্পা চাদ শঙ্কবহুদা অশিবা মীগুম লৈবাক্তা য়াম্বহুনা লৈনম্রে। সুমিৎ মঙানি শুবগী অযুক্তা মন্ত্রি অমসুং মচা সুপা রূপচন্দ্র মখোয অনি লাক্লুনা যুম মচাহুগী শো হাংলয়ে। মতুংদা অশিবগুম তাহুনা লৈরিবা নিংথৌ অমসুং ফমনাইবা অনি শিবগী মিংসুপ অহ্ ঙাইহুনা লৈবগুম তৌরম্মই। সনা কোন্নুং ফমুংদা পুশিন্দুনা লাইফমরবা মতুংদা নিংথৌ অমদি ফম্নাইবা অনি জ্ঞান লাক্লখি।

মথংগী সুমিৎতা রাজ দরবার ফয়ে অমসুং লৈবাক্তী অঙম অথৌ শাইবা, মাইবী-মন্ত্রি অমসুং সেনাপতি লোইনা তিল্লবা মতমদা, নিংথৌ :--"ইপু মন্ত্রি, নহান নঙনা হংজখিবা-বাহং, "সুপাগা সুপীগা কনানা হেন্না শিংবগে হায়বহু নিংথৌ ঐনা ময়ামদা "সুপীনা সুপাদগী শিংবা হেল্লি" হায়জরি।

# "লোন খংবা চীংলেন"

## অহানবা শরুক

চীংলেনগী চাকশংনি। নিংথৌগী মচা ইবেম্মা লুহোংবা মতুংদা অহানবা চাকশংদা চাক থোংবা মুমিংনি।

(য়াম্না ইকাই হুন্জোইনা মপুবোইবগী য়েনশাং মথেল মথেল হাপ্না হাপ্না)
রাজকুমারি :— করি হাপচরকউ হায়বগে ?"

চীংলেন :— (চাক চায়স্বদগী) হা! হা। হা! (নোক্লমই)

রাজকুমারি:—(য়াম্না ইকাইনা) করি তৌরবগে ? করি শোয়বা যাওপ্রবগে ?

চীংলেন :— "করিস্থ তৌদে, অশোয অণ্ডাম অমত্তা য়াওদে। ঐ করিগুম্বা অমা নিংশিংলুবদগী নোকপনি।"

রাজকুমারি :— "অদুক হৌনা নোকখিবত্রুবো ? অদা ঐগী অশোয়বা অমা যাওবদগী নোকপা ওইবরগনি … হায়বিয়ু ঐগী অশোয-অণ্ডাম করি য়াওপ্রবগে, নত্রবদি ।"

চীংলেন : — "অশেংবনি অশোয় অণ্ডাম অমত্তা য়াওখিদে। ঐ চুম্না নোকচবগী রানি।"

রাজকুমারি :— "য়াদে হায়বিদবা য়াবোই।" (অসি হায়রগা মপান্দা থোকখ্রে।)

চীংলেন মমা :— "ইমাগী চীংলেন, ইমৌদি চাকক্না অমত্তা চাদনা কমুংদা হিপ্তুনা লৈরে। লুহোংবা ওরাংত ভাইরি, করি নিংঙাই চক্রি তৌনরবগে ? ইমাদা হায়য়ু করি তৌনরবগে ?"

চীংলেন :— "ইমা, করিস্থ তৌনদে। ঐনা চাক চাগ্নিঙৈ মতমদা

করিগুম্বা অমা নিংশিংলুবদগী নোক্লুরে। মহুদা মহাক্তি অহানবা চাকখুম চংকনুদা অশোই অগাম মাগুএমাগে নিংবদগী এনা নোকপাছুগী মমাম হুবনুবা লৈরে।"

চীংলেন মমা :— "অছুদি কৈদৌরিবা? মরুমহু অসিনি অসিনি হায়রদা কোক হায়দোকপা য়াব্রা? ইপানি নিংথৌগী মচা ইবেম্মনি, য়ান্না কেথোন্না মীবাই মুপা মুগী কয়ানা লেমা তৌত্তুনা চাগ থকপা গুইবনা চাক কমদৌনা খোংবগে হায়বহু খংলমদবা য়াই। মহাক্লা হৈত-হৈত খোংজবহুদা অশোযবা থাগৎমগদ্রা মানী চিংনজবনি অমসুং ইকাইজবনি।"

চীংলেন :— "ইমা, মতোন্দা এনা চাক চাগিতৈদা নোকখিবগী মবমহ শেমজিন-শাজিনগা গুইদবা পাউখুম গুইনা হায়বদি হায়নিংদে। অছুগা অশেংবা মবমচুহু অতোন্দা হায়বা য়াদ্রে।"

মমা :— "মবমহুবু য়ান্না নুবা ৱাকন্না? মতোন্দা হায়বা য়াব্রহু ইমাদা হায়নুদনা।"

চীংলেন :— "ইমাদহু হায়দোকপা য়াদে। ইমাদা নত্তে মী অমদা হায়দোকপা য়াদে ৱাকমহু। ফরে, ইমাদি পোথারুবো। ঐ মাবু খোন্নগা চাক চাহনবা তৌরগে।"

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক

চীংলেন :— "তুমবরা ... ? শাথকা হক্রিবরা? ফাকচায়খোজাইরো।"

রাজকুমারি :— "ঐ তুমদে .. চাক্তি চারিরোই।"

চীংলেন :— "করিগী চারোইদৌরিবা? ঙরাংদগী অয়ুকহু লুমিদাংহু চাত্রগা হৌজিকহু চাদ্রবদি ... য়াম্না ৱাবা তারে।"

রাজকুমারি :— "ৱারছু ইচাংবা ৱাজাকনি, নিজরবহু নিজায়গে। ইচুংগোম্বা

চাক চারিঙৈজো নোকখিবদুগী মরমদু খংত্রিবমখৈ ঐ চাক চারবোই। ঐহাক্তী করি অশোয়বা উবদগী ইবুঙোনা নোকখিবনো তাকপীয়ু।"

চীংলেন :— "ইবেমা, নংবু করি তৌরবগে ঐনা হায়বসি থাজো করিদু অশোইবা অমত্তা য়াওখিদে। লাকও চাক চাররো।"

রাজকুমারি :— "হায়া হায়বিবো, অদু নত্রবদি ঐদি চারবোই।"

চীংলেন :— "রাজকুমারি, ঐনা নোকখিবদু নহাক্তী চাক য়েনশাং থো‌ং-বগা করিমত্তা মরি লৈনদে অমসুং নহাকসু মরি লৈনদে। ইতোপ তোপ্পা মরম অমা নিংশিংলুবদগী নোক্ত্রবনি।"

রাজকুমারি :— "অতোপ্পা মরম অমা হায়ববু করিনো?"

চীংলেন :— "করিগুম্বা মরম অমনি, মদু মী অমদা-ঐগী মুপী ওইশনু ঐগী ইমা ওইসনু হায়দোকপা য়াদে।"

রাজকুমারি :— "নহাক্তী মুপীদফাও হাযবা য়াদবা বাফমদুনা অমুক্তা হেন্না কিজবা ফাওই। ফরে ঐহাক শিরবফাও মদু হায়দ্রিবমখৈ চাক্তা অমত্তা চাররোই।"

চীংলেন্দু মুমিং চুপ্পা অমা চিন্তা তৌদুনা লৈরে অদুগা মথংগী অমুক্তা রাজকুমারিগী মনাক্তা লাত্রগা হাযরকই।

চীংলেন :— "রাজকুমারি, লাকও ইক্ত মাইথজরগা চাক চাথোক্রমউ। নংনা চাক চারিঙৈদা ঐ সনা কোনুংদা অমুক্তা যৌরুগে। ইবু নিংথৌদা অফবা শগোল অমত্তা পীবিয়ু হায়রুগে"

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক

× × ×

চীংলেন :— "ইনিংথৌ মচানা নোঙ্ক্রা শুরুমজরি।"

নিংথৌ :— "হাইবা! ইবুঙো নংনা লাকপবু করি হায়গদবা লৈ?

ইচামুপীছু করম তৌহৌরি ? মাদি মায়া কেখোক্লা য়োক্লকপনা খবক করিমু ইহরয়োই। নখুং চানবা বারকই। অদো, মহাক্লা ঐগী নাক্তা লাকপবু করি হায়নিংবা লৈবগে ?"

চাংলেন :— "ইনিংথৌ, নচানা খবক অমত্তং চৎচনিংহুনা শগোল অমত্তা পিবিয়ু হায়গে লাকচবনি।"

নিংথৌ :— "এ, অহুগী ওইরে, শগোল শঙদা চংলগা নহাক্লা অপাম্বা শগোল মখে লোইনা পুখো। হাই, নখোয় কনা কনা লৈ ?"

নিংথৌগী মনাই অমা :—"ননাই ঐখোয় লৈজে, করগা সনা য়াথং ।"

নিংথৌ :— "নিংথৌ ঐগী ইয়া মুপানি লেপলিবসি। মাবু শগোলশংদা পুশিন্দুনা য়েংহল্লগা মহাক্লা অপাম্বা শগোল মখে পুহনখো।"

× + ×

শগোল পান্নবা :— "ইনিংথৌগী ময়া ইবুঙো, মন্নুংদা লেংশিল্লগা অঙ্কবা অমসুং ইবুঙোনা পাম্বা শগোল মখে খন্দোকপীবকউ, ঐদি মপান্দা লৈজরমগে।"

চাংলেন্না শগোলশিংছু মথং মথং যেংলকপদা কবিমু হায়রক্কে অহুমু শগোল মখি ময়ুং মরক্তা নাহনা কুন্দুনা লৈবা, ময়াং কংলবা শগোল অমনা হায়রকই, "লুপ্পাবী মচা চাংলেন, মহাক্কী নথ্রাই হিংনিং-লবদি ঐদু - পু নত্রবদি নং শিগনি।"

চাংলেন :—(মথন্তা হায়জে) "জগৎ সংসারদা লৈরিবা জিবশিংনা ভাংশকপা লোইনা থংবনিনা শগোল অসিনা হায়রিবসি ঐগী থবাই কনবীগে অসিনি।"

অনাধা মানবা শগোলছু মখি ময়ুং শেংনা তৈথোকপীবগা শগোল-শিংছুদগী চিংথোরক্লে অহুগা নিংথৌগী মাংদা পুরক্লে।

নিংথৌ :— "ইশ! ইবুঙো নহাক্তি অনাবা শগোল অসি ওইনা পুম্লে। অতুক য়াম্না শগোলশিংদু পাম্মদরা ?"

চীংলেন :— "ননাইনা মসি শগোল সিনা থাকিগী কনানা থমজনা পুথোকচরকপনি।"

নিংথৌ :— "করে করে, নথাইনা পামলবদি পুজরো।"



## - অনিশুবা -

চীংলেনা থংই মহাক্না পুরক্লিবা শগোলদু পাইবা ওন্না লাইগী শগোলনি। অচৌবা পুম্নি অমগী মপান্দা মাগী শগোলদু ইরুজখিরে অমসুং ফজনা তকথোক নাম্থোকপীরগা শজিক চাজরুনবা থাদোকপীরম্মী।

চীংলেন :— "রাজকুমারি, নহাক চাক ঈশিং চারবরা?"

রাজকুমারি :— "চাবে।"

চীংলেন :— "লাকও, ঐগী মায়োক্না কপ্নো লাও। ঐনা চাক শারিবেদা মোরুকখিরবী মরমদু মওংজা অমদি ইমাজা হায়দোকপা য়াদে হায়না ঐনা কয়া হায়জরকদু নখোমনা ঐনা থাজবীজে। ঐনা মরমদু হায়দোক্লুবা অরবদি ইক নিংথৌদগী লৌরুবা শগোল অসি ঊবরা?"

রাজকুমারি :— "উরে শগোল অসিনা করি তৌদৌরিবা?"

চীংলেন :— "মসি তোংলগা থরাই হিজনবা তেনপ্নোরিবনি।

রাজকুমারি :— "শগোল ভোংলগা কদাই কাওবা চেনবিগদৌরিবা ?"

চীংলেন :— "য়ুম অসিদা অমুক হল্লকপা ওল্লোইদবা মকমতুফাওবা।"

রাজকুমারি :— অদু ওইরবদি নহানগী নোকপগী মরমতু হায়বিত্রবসু য়ারে।"

চীংলেন :— "ঐ নংগী নকমদা শোয়দনা হায়গে হায়না বাশকথোকক্রে হৌজিক ঐগী বাশকু ঙাক্লবা মরমহু হায়দোকপা তাই।"

রাজকুমারি :— "নোকপগী মরমতু হায়দোক্লগা য়ুমদা অমুক হল্লকওইদবা মকমদা চেল্লগনি হায়বসিনা অমুক্তা হেন্না তানিংবা প্যোকলে। তানিংবনা লোইরে হায়খীরো।"

চীংলেন :— "ঐসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা শা-ঙা, উচেক বায়া অমসুং অপিকপা জিবশিংনা ঙাংলিবা লোনশিং খংবা পামথি। ঐখোয়গী 'সিদগী খরা চংলগা লৈবা অচৌবা তুরেল অসিনা চিংহুম অমদা থেংজিল্লগা অমুক থক্তোকরক্লগা চেনথিবা মকমহুদা ঐনা লাং থাক্লগা ঙা ফানবা মুতিগী চংলমই। নোংমা ঐনা লাংহু লৌথংপা চংপদা অচৌবা ঙারেনসু মানবা লিন অচৌবসু মানবা অমা ঐগী লাংহুদা থুহুনা লৈবা উরমই। ঐনা হায়রমই-ইমাগী মকোক ঐগীনা মমৈ চাবা তারে হায়বদা ঙাহুনা বা ঙাংলকখি।"

রাজকুমারি :— "ঙা অহুনবু মীগুম্না বা ঙাংবা ঙম্বরনে ?"

চীংলেন :— "ঐনা হায়বসি তাখো, মহু ঙা নত্তে লাই অমনা ঙাগী মশক লৌগগা হায়রকপনি।"

রাজকুমারি :— "অহুদগী করম তৌরবা ?"

চীংলেন :— "অচৌবা ঙা মানবহুনা অসুম্না হায়রকখি, পাখং,

মহাক্কী লাং অসিদগী ঐবু থাদোক্কউ, নংনা পাম্বা বোর অমা নিজু ঐ মহু পীগে।" অতুদগী ঐহাক্না মঙোন্দা হংখি, "ঐনা নিজব বোর অমা হেক্তা পীবা ঙমগদরা?"

রাজকুমারি :— "অতুদগী ঙাহনা করি খুমখিবগে?"

চীংলেন :— "অতুদগী ঙাতুনা খুমলকখি, 'ঐ নংনা পাম্বা বোর অমা হেক্তা পীবা ঙমগনি অদুবু নংগী বাশক অমদি থম্বা তাই, ঐনা হায়বদি নংনা বাশক অদু ঙাক্তবা মুসিংতুদা ঐ নংবু লৌবা লাক্কনি অমসুং হাংকনি।' অতুদগী ঐনা খুমখি, ঐনা ঐগী বাশক্কু পুন্সি চুপ্পা ঙাক্তুনা চংকনি, বাশক্কু থুগাইবা ঙক্তৌ তৌরোই।"

রাজকুমারি :— "অতুদগী বোরনা করি নিখিবা অমগা বাশক্না করি হায়না শকখিবা?"

চীংলেন :— "অতুদগী ঙাতুনা হায়খি, 'নহাক্না পাম্গীবা বোরছু হায়বো, ঐনা পীবা ঙম্বা ঙাংলা যেংলসি।' 'ঐনা মঙোন্দা নিজখি, 'জগৎ সংসাবসিদা লৈবিবা শা উচেক জিবশিংসিনা ঙাংলিবা শক্লিবা পুম্নমকসে ঐ থংবা ঙম্বা ওইজগে।"

রাজকুমারি :— "অতুদগী ঙা অতুনা বোরতু পীবা ঙমগনি হায়রবকপ্রো?"

চীংলেন :— "ঙা অতুনা হায়রকই, 'করে, নংগী অপাম্বা বোর অদু পীরগে অদুবু ঙসি ঐনা নংগী ল্যাংদা থুবগী থৌদোক্সি কনা ঙম্বা মী অমদা হায়দোক্লোই হায়না বাশকদবনি।' ঐহাক্না ঙা অতুগী মকমদা কনাঙম্বা মী অমদা হায়দোকচবোই হায়না বাশকখি।"

রাজকুমারি :— "করিগীনো ঙা অহনা অতোপ্পা মী অমদা হায়দোকপা পামম্লিবদি?"

চীংলেন :— "ঙা অতু অচম্বা ঙা নৱেং কনাগুম্বা লাই-অমনা চাম্বী শকতম লৌরগা লাকপনি। মানা থল্লী অপাংবা ভাইবং মীনা থাকপা ল্যাংদা লাইনা চংবা হৌনদে। মরমসিনা থোক্লিবা থৌদোক অতু কন্নাসু খংহুম্নিংদবগী বানি।"

রাজকুমারি :— "বাশক অতু শকল্পিববা মতুংদা কমদৌরবা ?"

চীংলেন :— "অতুদগী ঐহাকসে মীংতাংবা মীনা উবা ঙাকপগুম নত্রগা মা পংথা মীনা নুংশিবা ঈশৈ তাবা ঙাকপগুম অকোয়বদা লৈম্বিবা উচেকশিংনা খোংবা পুম্বা থংবা ঙমকখি। ঐ ঙমখৈ লৈতনা হয়াওখি অমসুং নুংঙাইখি।"

রাজকুমারি :— "অতুগী মতুংদা ঙা অতুদি করম তৌরে ?"

চীংলেন :— "অতুদগী ঐনা মাবু লাংহুদগী লৌথোক্লে অমসুং মাবু থাদোক্লে। মহাক্না চৎলামদাইদা ঐঙোন্দা হায়বমই, নংগী অপাম্বা সংসাবসিদা লৈবিবা জিব পুম্নমক্না ঙাংলিবা নংনা থংবা ঙম্বা ওইজরো অতুবু নংগী বাশক্তু কাউবা যাদে। নংগী বাশক্তু হেক কাইবা মুমিংতা ঐ নংবু হাংপা লাক্কনি। অসি হায়বরগা ভাতু ঈশিংদা লুপথখিবমই।"

রাজকুমারি :— "মশিগী বাবী মথাক্তু লিথবিখো ।"

চীংলেন :— "অতুদগী নোং ঙানবদা কাক খোংবা অতৈ উচেক বাযানা খোংবা খুদিং লোইনা থংবা ঙম্লে অমসুং শা যম্না খোংবা খুদিং থংবা ঙমলে। নোংমদি লমপাক অমদা ঐনা ফম্বিগৈদা যম্নাও মচা অমনা 'মেহ্-মেহ্' খোংলকখি। মতু তাবদা যনবীতুনা 'মোহ মোহ' খোংলকখি। ঐদি মখোযনা খোংলিবতু ফজনা থংই, যম্নাওনা হায়রিবনা ইমা, ঐনা শজিক চাম্বিবা অসিগী মথা লৈপাক মনুংদা সনা মতুম শমু মকোক্মুক চাওবা অমা লৈবে অতুগা যন মশীতুনা খুমলিবনা - সনা মতুমতুনা নংনা কৈদোঙোরিবা? কান্নদে' শজিক্তুম চাও, মুমিং তাখিবনা হানগনি।"

রাজকুমারি :— "অহুদগী কমদৌরবা ? মন্নাওহু মথা তানা অমুক খোংলকত্রবরা ?"

চীংলেন :— "অমুক হন্না খোংলকত্রে। ঐদি য়াম্না থুনা য়ুমদা চেনশিন্দুনা য়োংপাক অমসুং থাংজৌ লৌথোকলুরে অহুগা ঙসাই মন্নাও অহুনা লেপলম্বা মফমহুদা তৌবা হৌখি। অহিং খেংলবক্তাও তৌবা লেপলমদে অহুগা য়াম্না নুনা তৌখরগা অচৌবা সনা মতুম অহু খেংনখি ! ইমাগা ঐখোয় অনি চংনা মহু লৌখৎনবা হোৎনখি অহুগা ঐখোয়গী ইমুংদা খাংজিল্লমই। সনা মতুমহু মচেৎ মচেৎ ফক্লগা সনা কোন্নুংগা মান্ননা ফুরা দলান মম্নামসি শাখিবনি। ঐখোয় য়ুম্নি হায়না নিংখিরবা ফুরা দলান লৈরবা, মীনাই মীশলসু লৈরবা মতমদা ইমানা মমৌনুগী অমা থিক্লনবগী হায়রকপদা নিংথৌগী মফমদা মজা ইবেম্মা পীবিয়ু হায়জক্লই হায়বদি নহাকপু। নহাকপু ফংনবা হোৎনবদা সনা মোংহোর লিশিং অমা হেন্না তিংখি।"

রাজকুমারি :— "অহুবু ঙসাইগী ঐনা হংজখিবা চাক চারিঙৈদা নোকখিবা অহুগী মরমহু হায়দোকপীয়ু।"

চীংলেন :— "নহান ঐনা চাক চারিঙৈদা নোকখিবা অহুগী মরমদি ঐনা চাক চারিঙৈ অহুদা ককচেং অমগা হয়িং অমগা চাক মরু অমগীদমক য়াম্না কন্না থৎনরমই। মখোয়গী লোন অমসুং মখোয় অনি থৎনবগী মরম ঐতনা থংবা ঙমখি। ককচেংহুনা হায়খি, 'ঐদি নংগুম্না কোইনা পাইবসু ঙমদে, ঐনা চাক মরু অসিমহুং ফংবসিদা নংনা অহক য়াম্না থৎনবা হৌরিবসিবু করিগীনো ?' অহুদগী হয়িংহুনা হায়খি, 'করি তৌরবগে ককচেং নংবু ? ঐদি নহাককুম্না অকনবা নখোং পানবসু নত্তে। নংদি চোকথবা লৈতবা নখোংনা কোইনা চৎহুনা অসিগা মান্নবা চাক মরু কয়া ফংবা

ঙমগদি। ঐনা চাক মক অসিমত্তং ফংজবদা নংনা অমুক মুন্দুনা লোৈহৌনগদি ঐবু করি চাকচো হায়ধনো?"

মখোয় অনিগী মতৌত্থদা ঐ খাংবা ঙমত্রত্থনা নোকখিবগী বানি।"

রাজকুমারি:— "অত্থগী ওইরে। ঐদি চাক অমুক্তা থোংদনা লুমিংত্থদা ইকাই ইকাই চাক থোংজরগা সেবা তৌজবত্থদা অশোয় অঙাম য়াঙরমগদরা। ইকাইবা অমদি কিজবদগী নোকপা অত্থগী মরমত্থ হংজরুধনি।"

(লাই পাখংবনা লাই হিংচাবগী শক্তম লৌরগা ঙরং ঙরং ঙংত্থনা লাকপগী মখোল তারকপা।)

চৌংলেন:— "রাজকুমারি, হৌজিক্তি ঐগী চংনবা মতম য়ৌরে। অবাং লোমদগী লাই অত্থ হিংচাবগী শক্তম লৌরগা মখ্যাং লাওনা কাখোক্লনা ঐবু হাংপা লাক্রে। ঐনা ঐগী শগোলসি তোংলুনা ঙম্বা মখে থরাই হিংনবা চেনগনি, ইচম চম্বা খাগী মখুংত্তা থবাই থাবদি ঐসু তৌরোই। করিগুম্বা ঐনা ঙম্বা থোক্লবদি নংগী নাক্তা অমুক লাকখিনি অত্থগা করিগুম্বা লাইবক খিবা থোক্রবদি ঙসি অসিনা নংগা ঐগা উনবগী অরোইবনি।"

(কপ্পীং কপ্পীং তৌনা হায়রকই) —

রাজকুমারি:— "ননাইনা অপংবী ওইবদগী কক্লিহু লৈজবা বাক্কম অমগী মরম কক্লিনো তকশিল্লুরে। রাম্না লুবা বাকনমি হায়বদি অপংবী ওইবনা থম্লুদে। ঐবু ঙাকপীয়ু। মঙাল ওইবি মকউ হায়না লাই মিংজরমগে।"

(রাজকুমারিনা শগোলমগী মথোং থোক্লা থুক্লমজরদা হায়রকই।)

"লাইগুম্বা শগোল, ঐনা মিংথৌগী মচানুপী অশেংবা ওইরবদি, অংনা ইপুরোইবগী থরাই কনবীরকউ। তেক্তা কাইদনা ঐগী নাক্তা

শোয়দনা য়েঙ্কুনবিরকউ।" মিকুপ খরগী মতুংদা লাই হিংচাবফুনা খাক লাওবগী মখোলগা লোইননা পাইশিল্লকখি।

চীংলেন রাজকুমারিদা অবোইবা মীয়েং অমত্তং য়েংলম্লগা শগোলথক্ত খুংলৈ থুনা কাখংলগা থুনা য়াংনা থৌথিরমই।

## - অহুমশুবা -

লাই হিংচাবা :— "বাশক ওাক্তবা নুপ্রাবী মচা হা ' হা ' চেল্লু নথ্রাই হিংনবা চেল্লু। হৌজিক কনানস্তু নংবু কনবা ঙম্লবোই। চেন্নু নং কদাই ফাওবা চেনবগে য়েংগে '

কম্না পাইবগুম স্নুংশিংকী মমাং খানা চেল্লিবা শগোলনা ভুংলোমদ মিংচিনা হাইফেৎ য়েংলগা খুম্লকই,

লাইগী শগোল :— "নংগুম্না ঈশিংদা লৈগদবা অমমবু ঐবু ত্তাম্নব ঙমগদবা ?"

লাই হিংচাবা (লাইরেন) অহুনা অবোইবা মপাঙ্গল পুথোক্তুন ফংনবা তাম্নৈ অহুগা শগোল অহুনস্তু অবোইবী খাহুনা শিরগা শিরে হিংলগা হিংলে হায়বগী মওংদা চেল্লমই। অযুক্তগীনা মুমিৎ তাগদৌ ববফাও ত্তাম্লবদা ফংবা ঙমদ্রে। খেংজিল্লক্লবদা লাই হিংচাবা (লাইরেন) অহুনা য়ৌশিল্লক্লগা শগোল অহুগী মতুংদা মখ্যাৎ লাওনা কাথোক্তুন চীংলেন অমস্তুং শগোল পুম্না য়োৎলগে ভোরকখি। লাইবন্দুগী মখ্যাৎ মস্তুং খরা চংলকপা মতমদা শগোল অহুনা শিবা তারবস্তু শগোল ঐগী ইত্তিক ইগুন খংহল্লমগে খন্দুনা মখোং মম্নি অমুক্তং থুপচিল্লগ মাগী লৈজবা মপাঙ্গলমখৈ পুথোক্তুনা মখোংনা কম্না কাওথোবকপা

মতমদা লাইরেন্দুগী মথাগী মথ্যাং শৈগাইদুনা লৈমাইদা তাখিরমই। লাইরেন্দু শিখিবগা লোইননা শগোলতুস্থ লৈমাইদা গুজিল্লগা তাররুনা শিরমই। করি লমনো, করম্না লৈবাক্তো খংদনা মাগী অশিবা শগোলতু কোল্লগা কপনা কপনা অচৌবা তুরেল অমগী মপান্দা চীংলে মথন্তা অহিং অতু লেল্লমই।

চীংলেন :— (নোংঙাল্লকপদা) "ঐগী মুংশিরবা শগোল, ঐহাক্কী থরাই কল্লবগীদমক মথরাই ফাওবা থাদোকপা ঙমগ্রবা, নংবু থাদোক্লনা ঐ কৈদৌমুংদা চৎলরোই। ঐ মফমসিদা শিরবস্থ নংবু কোন্দুনা শিগগে।" বাহৈশিংসি মথন্তা হায়জরগা য়েংথোরকপদা মুপা অমা হি অমা তোংলগা লাকপতু উরমই। মুপা অতুগী হিমুংদা অঙৌবা কাংঙা অমা অমসুং অমুবা কাংঙা অমা য়াওরমই। কাংঙা অনিতু খংনবা মান্না য়ান্না হৌনা খোংলমই। হৌজিক চীংলেন্দি কাংঙা অনিদুনা খোংলিবতু ফজনা অর্থ খংলমই। কাংঙা অনিতুগী মরক্তা অমুবা কাংঙা অত্তুনা হায়রি,

অমুবা কাংঙা :— "সংসারসিদা লৈরিবা উচেক পুম্নমক্কী ঐনা খাইদগী কনবা হেল্লি মরমদি ঐগী ইশা অনিসিনা হেক শোকপদা নত্রগা হেক কনবদা মী, শা, উচেক পুম্নমক হেক্তা শিগনি।"

অঙৌবা কাংঙা :— "উচেক ময়ামদগী নংনা কনবা হেল্লি হায়রবদি নঙোন্দগী ঐনা অমুক হেন্না কনবা হেল্লি অমসুং তৌবা ঙম্বা হেল্লি।"

অমুবা কাংঙা :— "ঐঙোন্দগী নংনা কমদৌনা হেন্দৌরিবা?"

অঙৌবা কাংঙা :— "নংনা নংগী নশানা কন কন্দুনা জীব কয়ামরুম অমা হাংতোক্লে খল্লসি অতুবু ঐনা অমুক ঐগী ইশা অনিসিনা অশিবা ময়ামতু শোক শোক্লনা হিঙ্গংহনবা ঙমই, নংনা হাংতোকপা ঐনা হিঙ্গংহনবা ঙম্বা কনানা কনবা হেনবগে?"

কাংঙ্গা অনিনা খাঙ্লরিবা ম্যোমশিং থংম্লরুনা চীংলেন্না হায়রকই,

চীংলেন :—"হো! ছিদিজা অলোম্লবা মহাশোয়, বা অমখক্তা হায়জহৌগো।"

কাংঙাগী মপু :— "এ, মহাশোয় করি হায়বগে ?"

চীংলেন :— "মহাশোয়গী কাংঙা অনিসি ওম্থোকনা নিংথিজৈ। অনিসিগী মরক্তা অঙৌবা কাংঙা অসিনা হেন্না মগুন লৈ। অঙৌবা কাংঙা অসিনা ঐগী অশিবা শগোলসিদা অমুক্তা শোকহনজগে হায়ববু য়াগদরা ?"

কাংঙা মপু :— "য়ানি য়াম্মি, মহাশোয়না অনিংবা অপাম্বদু অদুম তৌবিয়ু।"

চীংলেন্না অঙৌবা কাংঙাদু পাইথৎলগা মাগী অশিবা শগোল অদুদা (অঙৌবা কাংঙাগী) মশানা অমুক্তং কলহনবদা শগোলসিদু কুইনা তুম্না বদগী হৌগৎলকপগুম ফুক হৌগৎলক্লে। চীংলেন্না অঙৌবা কাংঙাদু হান্নগী গুম্না হিন্নুংদা থম্মীরবা মতমদা কাংঙাগী মপুদু ইঙক ওম্না অশিবা হিংসং- লকপহৈদা য়েংলকই।

চীংলেন্না মাগী শগোলদু তুথেলদা পুথবগা ইরুজবিগী অতুগা অনৌবা শক্তিক মপুক থম্না পীরবে। অতদগী শগোলদু তোংলগা মখুম মাইকৈ পাংলক্লে।



# "মরূপ অনিগী লাইবক চাংয়েং"

**অহানবা শরুক**

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক

মন্ত্রি মচা (কিরন) :— "ইতাও রাজকুমাব, ইতাওনা অবাং ঐনা মখা ঐখোয় অনি তোঙান তোঙানবা মাইকৈদা চৎনরগা লাইবক চাংয়েং তৌনবসি। ইতাওনা চৎপীনিংবা মাইকৈন্থু হায়ধিযু।"

রাজকুমাব :— "ইতাও মন্ত্রী মচা (কিবন), ইতাওনা হাথবিবা নংনা মখা ঐনা অবাং চৎপা হায়বন্থু ঐ যাবে, অন্থুবু মতম কযাম কুইরগা মফমসিদা অমুক উন্নগদৌবনো ?"

কিবন :— "রাজকুমার, ঙসিদগী থা অহুম হেক শুবা মুমিৎতা মফমসিদা উনশি। মফম অসি খংনবা তুন্নসি পান্থী অমমমন্থু থারমসি। মাইকৈ অমদা ইথন ইথন্বা চৎপনিনা অবাবা মুংঙাইবা কয়ান্থু থেংনরকপা যাই। কবিগুন্বা অবাবা খুদোংথিবা থেংনহনা হায়নখিবা মতমহুদা য়ৌবকপা ওমদবা থোক্লবদি করন্না খংনগনি ?"

রাজকুমার :— "ঐখোয় অনিনা থারমলিবা তুম্নসি পান্থীসিদা য়েংলগা খংনসি। অবাং থংবা ঐনা থারমবা তুল্লসি অসিনা মনা খুইথরমলবদি ঐ অবাবা তাবে ইতাওনা খংবিবা, অন্থুগা ইতাওনা থারমবা মখা থংবা তুল্লসি অসিনা মনা খুইথরমলগা ইতাও অবাবা তারে ঐনা খংজগে।"

কিবন :— "ফরে, ইতাও রাজকুমার হৌজিক্তি ঐগী ঐগী মাইকৈদা চৎনরসি। ইতাওন্থু মঙ্গল ওইবিবকউ অন্থুগা ঐন্থু মঙ্গল ওইজরকে "

রাজকুমার :— "য়াম্না ফরে, ইত্তাওনা মথারোমদগী লাইবক ফবা হায়বতু ওইবিরকউ, ঐশু অবাংলোমদগী মঙ্গল ওইজবকে।"

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক

রাজকুমার :— "অবাংলোমদা ঐনা লাক্লিবসিদি অচৌবা ! উমং-ঋামং অমসুং মোংশোং কয়া লাম্থোক্লবকাও মী তাবা লমদমদি অমত্তা উবা ফংদে অতুগা পোথাবা য়াবা মফমসু অমত্তা উবা ফংদে। (মথন্তা মুরুম মুরুম শোল্লি) এ-ী আদা কনা কনানো নুপা অনিথক কন্না ফুন্নরিবসে ?"

অহানবা নুপা :— "নংতা হাৎলগা লোইরে। ঐদি শিবা কিবা পোৎ নত্তে।"

অনিশুবা নুপা :— "ঐনসু নংবু হাৎকনি। গুরুনা ঐঙোন্দা পীরম্বা পোৎপু নংগীনি হাযবা যাবরা ?"

রাজকুমাব :— "ঙাইখো, ঙাইখো নখোয়নিগী থৎনবতু অমুক্তা লেপখো ! ঐ নখোয়গী বিচার তৌবিবমগে। করিগী থৎনরিবনো ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়য়ু।"

অহানবা নুপা :— (থৎনবতু লেপলগা) "মাংদা উরিবা শঙ অসিদা অহল ওইরবা লাইনিংবা গুরু অমা লৈরমই। ঐখোয় অনি মহাক্কী মনাক্তা মচৈ মশিং তমলমই। মহাক্কা শিরম্নদাই মতমদা ঐখোয় অনিমক কৌশিল্লগা য়ুবী খুজাই অমা পীরমই। খুজাই অতু ঐখোয় অনি তঙ্খাই তঙ্খাই য়েন্নবদি য়াদবনা, ঐনা হায় ঐগীনি, মহাক্কা হায মাগীনি। মবমসিনা ঐখোয় অনি থৎনতুনা ফুনতুনা লৈরিবনি।"

রাজকুমার :— "ঙাইখো, নখোয় গুরুনা থনম্বা খুজাইতুদি করি মগুন লৈ, ঐনা হংলিবদি খুজাইতুনা করি কাম্নবা পীরা ভহগে ?"

অনিশুবা লুপা :— "ঐখোয়গী গুরুনা থনস্বা য়ুবী খুজাইতুদি খুংনা খুজাইতুগী মপান্দা হেক নানবদা থোক্লউ হায়রদা হেক্তা থোকই।"

অহানবা লুপা :— "লয়ী চৎপা মহাশোয়, নহাক্না ঐখোয় অনিনা থৎনরিবসে বিচার খরা তৌবিরমউ। ঐখোয় অনি ফুনবদা শিগদৌরে।"

রাজকুমার :— "ফবে, অতু ওইরবদি ঐনা তৌবা বিচার অত্নদা নখোয অনি য়াগদরা ?"

মখোয় অনি চপ মান্ননা 'যাবে, য়ারে' লাওরকখি।

রাজকুমার :— "আদা উবিবা মোংশোং অসিগী মনাক্তা ঐঙোনলামদা তুং ওন্থোক্তনা লেপলুরো অতুগা ঐনা নখোয়গী খুজাইতু কন্না লংলক। নখোয় অনিগী মরক্তা খুজাইতু হান্না পাইরবা ওন্না লুপাতুগী ওইরবা - নখোয় য়ারবরা ?"

মখোয অনি চপ মান্ননা 'যারে যারে' লাওবকই।

(য়ুবী খুজাই অত্নগী মহুৎতা অকংবা থাক অমা কন্না লংলক্লগা লুপা অনিতুগী মোংশোংতুগী মবক্তা বুব লাওনা তারমই।)

রাজকুমার :— "লংগ্রবনি লৌবো।"

লুপা অনিহ মোংশোং মবক্তা তাগ্রিবহ য়ুবী খুজাইনি থন্দুনা অশোংবা মোংশোংতুদা চোংশিন্দুনা মুন্নরিঙৈদা নিংথৌ মচাতুদি নাকন্দা য়ুবী খুজাইতু য়েপলগা কন্না চেনখিরমই।

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক —

রাজকুমার :— (লম্বীদা চৎলন্বা অহল অমদা) "খুবা, নিংথৌগী সনা কোয়ুং য়ৌগদবা কয়া য়ান্না হ্রাৎশিবগে ?"

অহল অমা :— "এ. য়ৌরেং মাংদা উরিবসি নিংথৌগী সনা কোম্নুংনি।"

রাজকুমার :— "খুরাগী য়ুমদি সনা কোম্নুং মনাক্তম্বা ?"

অহল :— "খুরাগী য়ুমদি সনা কোম্নুং মনাক্তনি হায়বা য়াই. য়াম্না নক্ররে। ইবুঙোদি সনা কোম্নুংগী পাও অমত্তা তাখিবা মাল্লি।"

রাজকুমার :— "চুম্মী খুরা. ঐদি করিম্নু থংগ্নি. অতোপ্পা লৈবাক অমদগী লাকপনি। খুরাহোয়গী লৈবাকসিগী মরু ওইবা পাও কবি করিনো ?"

অহল :— "ইবুঙো. ঐখোয়গী লৈবাকসিগী নিংথৌসে মচানুপী অমখক্তং পোকই। রাজকুমারি অসি ফজবা নিংথিজবদা হায়নিংঙাই লৈতে। মপাকুং নিংথৌনা মচানুপীবু থাজবা মতম হেনখিদৌবে মুংশা থিরবনি। রাজকুমারি অসিবু পামজবা নিংথৌ মচা কযা মজা ইবেম্মগী মীনাই ওইহুনা লৈবে। মাবু লৌবা ঙমগদবা কনাম্ব লাকত্রে হৌজিক্তি।"

রাজকুমার :— "খুরা করিগীনো নিংথৌমচাশিংহুনা রাজকুমারিগী মীনাই ওইহল্লীবদি ?"

অহল :— "অতুবুবা, নিংথৌনা সনা যাথং তৌবি. মচানুপী রাজকুমারি অসিনা পীযু হায়বা খুদিং মুমিং তরেৎনি পীবা ঙম্বা মপা অতুদা মচানুপী পীগনি. লৈবাক তঙ্খাই অমস্নু অউনপোৎ ওইনা পীগনি। অতুগা করিগুম্বা পীবা ঙমদবা থোক্লগনা মচানুপী অসিগী মীনাই ওইবা। থরা পীবত্নগা মুমিৎ তরেৎনি শুবা ঙমদহুনা মীনাই ওইখিবা নিংথৌ মচা মযাম লৈবনি।"

রাজকুমার :— "থাজরে খুরা, ঐ খুরাগী য়ুমদা লৈজবগা মচানুপীনা পীযু হায়বকপা খুদিং পীজবা ঙমগনি। খুরা. ঐম্ব

নিংথৌ মচানি। হায়রিবা থবক্তু ঐখা ওমগনি। খুন্নানা ওসিমক চৎপীরগা নিংথৌদা হায়বিয়ু ঐ হৎযেংদগী হৌনা বাজকুমারিনা পীয়ু হায়বকপা খুদিং পীবা হৌজরগে।

অহল :— "মতুগীদি কবিস্ বাক্কনু। ঐ হৌজিক চৎলগা নিংথৌদা হাযরুরগে।"

## - অনিশুবা -

মিউজিক . . . মিউজিক . . মিউজিক . . ..

— — —

অহল :-- "ইবেম্মা নখোয অহমদি নিংথৌগী মজা ইবেম্মগী চানমবী মতাবোইরা ?"

লৈশাবী অহমগী মমক্তগী অমনা :— "খুবা, অসিদবা অতোপ্পা লৈবাক্তগী লাকপা নিংথৌ মচা অমা লৈ হাযবদো ?"

অহল :— "মানি, ঐ মাবু কৌথোবকে।"

বাজকুমার :— "বাজকুমাবিগী মতাবোইশিং, কবি পীবকউ হাযবকপগে ?

লৈশাবী অমা :— "বাজকুমাবিনা সনাগী খুজি জুবা অনি পীবকউ হায়বকই।"

রাজকুমার :— "সে 'শিদা লৈরে।"

(রাগী কমুংগী লুখুমদা কদি-ফরানা যোমতুনা থম্বা যুবী খুজাই-ছুদগী তুমিন্না থোকউ হায়র-হায়রগা পুথোরকখি।)

মিনিগুবা সুমিৎতা রাজকুমারিনা অভৌবা ফি চাম্বা পীরকউ হায়না মী থারকই। হুমনি গুবা সুমিৎতা সনাগী পাম্বোম ফাবী পীরকউ হায়রকই অদুগা মরিনি গুবা সুমিৎতা রাজকুমারিনা সনাগী খুদোপ জুরা অমা, মওানি গুবদা মমাগী লিক অমা, অমসুং তরুকনি গুবা সুমিৎতদি রাজকুমারিনা মতারোইশিংদা হায়রকই।

রাজকুমারি :— "ঐহাক্কী চান্নবী ইতারোইশিং, রাজকুমার অদুনা ঐনা হায়রবা পোৎ খুদিং পীরা ওম্বা সুমিৎ মওানি মপুং ফারগা ওসি অসিগা পীরক্লবদি সুমিৎ তরুক্লি শুগদোরিবনি। অদুগা হয়েংনা অরোইবা সুমিৎ ওইগনি। হয়েং ফাওবা ঐনা হায়বদু পীবা ওমলবসি পাবুংনা ঐবু মঙোম্না পীথোকখ্রনি। মশক-মশাসু খংনদবা, করম্না লমচৎ চৎলমগনি হায়বসু খংদবা মুপাদুগী নাক্তা চৎপ্সিবু নখোয়বু পামত্রা ?"

মতারোই অমা :— "রাজকুমারি, ঐখোয়দি পামজদে। ইবেম্মনা খাথল তৌবিয়ু করি তৌরগা নাম্বোকপা য়াগদগে ?"

রাজকুমারি :— "ঐখোয়না পীরকউ হায়বা অমা মহাক্না হেক্তা পিবা ওম্লিবসি করি মরমননো নখোয়না খংলত্রা ? মদু ওসি চৎপদা কদাইদগী কমদৌনা পুথোরকপগী মওংদু মুন্না য়েংলকউ।"

অনিগুবা মতারোই :— "ইবেম্মা রাজকুমারি, ওসিদি করি পীরকউ হায়জরুগে ?"

রাজকুমারি :— "ওসিদি লিক অচৌবা অমা, লৈ জুরা অমা অমসুং সনাগী লিক মচা অমগা পীরকউ হায়বীয়ু।"

অনিগুবা মতারোই :— "সনা ইবেম্মা, হোরেন মহাক্না ইবেম্মনা হায়রিবা সনা লুপাশিংসে পুথোরকপা অমদি লোবা চংবা মতমদা

ঐথোয় মহাক্লা কদাইদগী পুথোরকপগে মুন্না য়েংজরক্ক অতুগা অথেংবা অহিংদা ... ... তুমিন্না চংলগা পোংতু লোথোক্লসি।"

রাজকুমারি:— "মহাক্কীসি মাগী লুথুমদগী হেক হেক্ক পুথোরকই হায় অতুবু লুথুমতুদা করি লৈ হায়বসি কনাসু খংদে। অদু ওসিদি য়াম্না মুন্না য়েংলক্কবা য়াদে।"

তক্কক্লি শুবগী অহিং অথেংবদা রাজকুমারতুনা তুমলিঙৈদা মহাক্কী থোকউ হায়বদা থোকহনবা ওন্বা য়ুবী খুজাইতু হুরানবিব্রে। তরেংনি শুবা হায়বদি পোং পীবগী অরোইবা সুমিংতা রাজকুমারিনা সন্না খুজি তুরা তরা অমস্তুং ফিগে ফনেক অহুমগা পীরকউ হায়না মী থারকপদা রাজকুমার পোং লোথোকে চংলুবদা য়ুবী খুজাইতু লৈরমম্রে। পোং পীবা ওমত্রবদা নিংথৌগী অওম অথৌ লাক্লুনা রাজকুমার ফাররে। মথংগী সুমিংতা রাজকুমার মরু কোক্লগা রাজকুমারিগী ঈশিং হোনবা মীনাই ওইহনখ্রে।

# অহুমশুবা

মখা মাইকৈ পাংনা চংখিবা মন্ত্রি মচা (কিরন) অতোপ্পা লৈবাক অমদা থুংলরে। মহাক্কা খ্বাইদগী ওক্লিবদি লম্বী থোং কয়া লান্দুনা চংলবস্থু তাইবং মী অমত্তা থেংনরমদে। ফজ ফজরবা য়ুম মশিং খিঙমদনা উরবস্থু মীদি অমত্তস্থু উরমদে। নিংথিজবা পুক্রি কয়া, পাং কয়া অমস্থুং খুংশেমগী লৈকোল কয়া থেংনরবস্থু শা-যন অমদি জিব অমত্তা উবা ফংলমদে। নিংথৌগী সনা কোনুং ফুরা দলান্না লৈতেংলবস্থু মীদি অমত্তস্থু উরমদে। মী অমত্তা উত্রবদা কিরন মশাদা অকিবা তুক্লুংবা ফাওরমই অদুগা মথন্তা মুক্লম মুক্লম শোনজরমই, "কয়া ফত্রবা লাই অমনা লৈবাক অসিদা লৈবা মী পুম্নমক লোইনা হাংপ্রবা জাংলা ?"

মুমিং তাপ্রবা মতমদা মন্ত্রি মচা কিরনগী অনিশুবা অঙকপনা পিকতক তৌবা পুক্রি মচা অনিখক থেংনবা অসিনি। পুক্রি অমনা ঈশিংনু শঙ্গোমগুম ভৌরোক ভৌরমই অদুগা পুক্রি অমদুগী ঈশিংনা ইশং শংই। মিকুপ খরা লৈরগা য়াম্না য়াকপা অকনবা মখোল অমগা লোইননা হিংচাবী অমা পুক্রিমচা অনিদু তম্না পাইথরকখি। কিরন্দি লোংতুনা য়েংলমই। হিংচাবীদু লৈপাক্তা হেক লেপলগা মাগী অকিবা হিংচাবীগী শক্তমদু মাংপ্রগা অহল ওইরবী মুপী অমা ওনপ্রে। অহল ওইরবী মুপীদুনা মনাক্তা হৌবা উ পাম্বী অমদা থৌরিনা পুন্দুনা থম্বা য়োং অমা, থৌরিদু কিশি থোক্লগা লোথরে। অহল ওইরবী মুপীদুনা য়োংদু অঙৌবা ঈশিংগী পুক্রিদা চুপ লুপশিল্লমই অদুদগী য়োংদু মশক মত্তৌ য়াম্না নিংথিজবী লৈশাবী অমা ওল্লমই। পুম্নমকসি কিরন্দি মরুম অমদা লোৎলগা য়েংলমই।

অহল ওইরবী মুপীদুনা হায়রকই :— "ইবেম্মা, ঐদি ওসিদি য়াম্না চোকথরে অদুগা চাকস্থু য়াম্না লাম্মে। চাক থোংলুরো।"

রাজকুমারি :— "ইবেন, চাকথুদ্রি থোংগে অতুম্ব কচি য়েঙ্গায় থোজনি হায়রদি থংদে।"

অহল ওইরবী :— "কদিনো থওদে, নংনা থোংনিংবা অমা হেক্তা থোংজিল্লো! ঐদি হৌয়া য়াই।"



মখাং মুমিংক্তী অমুক্তা অহল ওইরবী মুপীতুনা লিংখিক্তরী লৈশাবী অতু পুথোরক্লগা অশংবা ঈশিংগী পুখ্রিদগী ঈশিং খবা লৌরগা মকোক্তা চাইশিনবদা লৈশাবীতু ওয়াংগীগুম্না য়োং অমুক ওনখিরমই। মতুগা লোইননা অহল ওইববী মুপীতুসু হিংচাবীগী অকিবা শক্তম লৌরমই। অতুদগী হিংচাবীতুনা য়েংতু উথক্তা থোরবিনা পুন্দুনা থমল্লগা অহৌবা মখোলগা লোইননা মখা মাইইকরোমদা পাইখিবমই।

কিবন্দু যাম্না কিখি কিকম তৌনা মাগী লোৎফমতুদগী থোরক্লে অতুগা কোম্বং য়েংলগা উথক্তা থোরিনা পুন্দুনা লৈরিবা যোংতু থৌগ্রি থাদোক্লগা লৌথরিরে অতুগা অঙৌবা শঙ্গোমগুম ওৌরবা ঈশিংতুদা লুপশিল্লুবদা লিংখিবী লৈশাবীতু অমুক ওইবে। লৈশাবীতু অঙকপা মিৎয়েংদনী ইকাইখনী মিৎয়েংদা ওন্থোকখি অতুগা মমাই লুকথনা নাপী মথক্তা ফমথখিরমই'

কিবন :— "ইবেম্মা, নংগা লৈমিন্নবিবী হিংচাবী অসিগা কবি থোংক্লে?"

রাজকুমারি :— "কবিসু থোকদে, মাদি ঐখী য়েক্লবনি।"

কিবন :— "কমদৌনা হিংচাবীসি মহাক্কী য়েক্লবা ওইবিবা?"

রাজকুমারি :— "ঐথাকসি লৈবাক অ সদা পাল্লবা নিংথৌগী মচানুপীনি। হিংচাবী অসিনা নিংথৌ, বানি পুম্নমক অঙম অথৌ পুম্নমক লে'ইনা হাংতোক্লুনা চাখ্রবনি। মতুদগী হেন্দোক্লুনা লৈবাক

অসিগী প্রজা মী পুম্নমক মানা লোইনা হাংগ্রবনি। চাম্ন চারোইশবদা শা-যন ফাওবা মানা লোইনা হাংগ্রবনি। মাগী চাক ঈশিং খোয়নবা ইথম্ভা ভাইত্থোরবনি। মরমসিনা মহাকসি ঐগী য়েক্নবনি।"

কিরন:— "ইবেম্মা রাজকুমারি, নহাক্কী য়েক্নবী হিংচাবী অসিগী চাক খোংহুনা পুন্সি লেল্লগে হায়বরা?"

রাজকুমারি:— "পামদে হায়ত্নুনা কদাইদা চেনগনি? করি উপাই তৌরগা হিংচাবী অসিদগী নাম্থোকপা য়াগদগে হায়বিয়ু।"

কিরন:— "হিংচাবী অসিনা চাক্তাবা চৎথিভৈদা ঐখোয় অমি লোৎ লোৎতুনা চেল্লসি, হৌজিকমক হেক্তা চৎলসি।"

রাজকুমারি:— "মহু করিম্নু কান্নরোই, মহাক্তি ঐখোয় কদাইদা লৈমনমদা খুংবা ওমই অহুপা মিকুপ্তা মাইল লিশিং কয়া পাইনম্নু ওমই। য়াম্না থুনা পাইশিল্লক্নুনা ঐখোয় অনিবু হাৎলনি।"

কিরন:— "ঐখোয় অনি হিংচাবী অসি হায়া হাৎপা নত্রবদি চেনবনা করিম্নু কান্নরোই। মহাকপু করম্না হাৎকদগে হায়বু।"

রাজকুমারি:— "মহাকপু ঐখোয়না হাৎপম্নু ওমলোই। মসিগী প্রমান্দি ঐখোয় পাবুংগী শিফায় লিশিং লিশিংনা হিংচাবী হাৎলো, হিংচাবী হাৎলো হায়রুনা চংশিল্লুববু হিংচাবীসিগী মথুক্তা লোইনা মথাই মাংগ্রবনি।"

কিরন:— "য়াম্না ফবা উপাই অমা লৈরে বাক্নরম্নু। হোরেন হিংচাবীত্নু লাক্নগা নঙোন্দা চাক খোংঙ্ হায়রগনি। নংনা চাক খোংনা খোংনা কপশিল্লো। হিংচাবীনা করিগী কপলীবনে শোইদনা হংলকনি। মহুদা নহাক্না ইবেন ওসিদি পুক্সিং য়াম্না নুংশি অহুনা কপলীবনি। অহুদগী মহাক্না করি মরমগী পুক্সিং নুংশিরীবা হংলকনি। অহুম্না হংলকপদা নংনা হায়গদবদি ইবেম্মা ঐবু

অয়ুক্কগী হুমিৎ ভাবফাও য়োং ওস্থোক্লগা উথক্তা থৌরিনা পুন্নগা থম্মীরম্মে অহুগা অথাপ্পা মক্ষমদা চাক্কবা চংগ্রে, করিগুম্বা ইবেন শিথিবা থোক্লবদি ঐদি উথক্তা কংহুনা শিবা তাই নত্রগা ইবেন্না ঐগী নাক্তা হল্লকপা উমদবা থোক্লবদি ঐনা ৱানা খাংলগা শিবা শোয়দবনি।"

রাজকুমারি :– "অহু হায়রবফাওবদা মানা করিম্থ হায়রকত্রবদি কমদৌনি ?"

কিরন :— "এ, শোয়দনা থুম্মক্কনি, ইবেন্দি শুকশি শিরোই। অহুম্না হায়রক্লবদি নংনা অমুক হংজিল্লু ইবেন্দি করিগী মী অতৈগুম শিরোইদৌরিবা। অহুম্না হংবা ৱাহংহুদা মানা করম্না শিরোইদবগী ৱাহু নঙোন্দা হায়দোরক্কনি।"

রাজকুমারি :— "ফরে হোরেন হুংদাংসি মহাক কমদৌরগা শিগনি হায়বহু থংদোক্লগে।"

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক

হুমিৎ হেক তাখিবা মতমদা হিংচাবীহু য়োরকত্রিঙৈদা কিরন্না রাজকুমারিহুগী মকোক্তা অশংবা ঈশিং খরা চাইশিনবদা য়োং অমুক ওলহল্লে অহুগা হান্নগীগুম উথক্তা থৌন্নিনা পুন্দুনা থমজিল্লে। মিকুপ খরগী মতুংদা থাক লাওনা হিংচাবীহু মফম অহুদা থুংলরে অহুগা উথক্তা থম্নীবা য়োংহু লৌথরগা অঙৌবা ঈশিং খর লৌরগা মকোক্তা চাইশিন- বিবদা য়োংহু নিংথিজরবী রাজকুমারি অমুক ওইরে। হিংচাবীহুনা অহল ওইরবী মুপী অমা ওম্মোকপ্রে।

অহল ওইরবী :— "ইবেম্মা, ঐদি য়াম্না ৱারে অহুগা চাকহু লাম্মে। মহাক চাথুম চংলো – চাক থোংলুরো।"

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক

রাজকুমারি চাক থোংনা থোংনা হিক হিক কপ্পা হৌরকই, মগী ভৈথোক ভৈথোক্লা য়েঙ্গাং শেমলি। মহাক্লা শুং শুং কপ্পহু য়েংলগা ফুনাক্তা মখাং য়াইরিবী হিংচাবী হন্নুবীনা হংলকই,

হিংচাবী :— "ইবেম্মা, করি ভৌরে নথাই মুংঙাইত্নুনা হিক হিক কপলীবদি ?"

রাজকুমারি :— "ইবেন, করিগীনো থংদে, ঙসিদি পুক্নিং য়াম্না মুংশি।"

হিংচাবী :— "কবিগীনো হাযযু ? নহাক্কী পাবুং অমসুং নমা মহারানি নিংশিংত্নুনা ভৌরিব্রা ?"

রাজকুমারি :— "পাবুং, ইমা নিংশিংবগীদি নত্তে ।"

হিংচাবী :— "অতুদি করিগী কপলীবা ?"

রাজকুমারি :— "ইবেম্দি নোং ঙানবগা ঐবু যোং ওক্লইহল্লগা উথক্তা পুন্দুনা থম্বীরমগনি অতুগা নুমিৎ তারগা হল্লকনি। করিগুম্বা ইবেম্না হল্লকপা ঙমদনা শিখিবা থোক্লবদি ঐদি তাইবং মী অমুক ওইহনদনা উথক্তা কাংহন্না অতুম শিরগনি। মহৃদা ঐনা থাগদবহু অমুক্তো য়োংঙ।"

হিংচাবী :— "মত্তুগী নং কল্লিমত্তা খ্রাকহু। ইবেম্দি শুকশি শিরোই। নুমিৎ হেক ভাকগা নংগী মাক্তা শোয়রনা লাকনি।"

রাজকুমারি :— "ইবেন, ঐ থাজদ্রে ইবেম্না শুকশি শিরোই হায়কসি, মী পুম্নমক শিরিবসিদি। ইবেম্দি করম্না শিরোইদৌরিবা

হিংচাবী :— "মহৃগী বাহৃ, মী অতৈ আহল্লবা য়াদ্রে।"

রাজকুমারি :— "ইবেন ঐদি ল্লোকপু লোক্লিংই, ইবেমলা ঐগা নবল্লা লৈবাক অসিদা কনা লৈব্রিরগে ?"

ছিংচাবী :— "ফরে ইবেম্মা হায়রগে তারো৹ নবেন্দি শিবা তৌরোই হায়বদি মরম অমা লৈ। য়েংঙোই ঐখোই য়ুমগী মথা থংবদা উ অমা মশা অচৌবা অমিখক্তা লোংবা অমা হৌরিবসি খংলব্রা ? মসিগী মশা অনিসি ওই থংবনা ঐগী ওইথংবা পাম্বোম্নি, অদুগা য়েং থংবা মশা অসিনা ঐগী য়েং থংবা পাম্বোম্নি। করিগুম্বা অচৌবা মশা অনিমক্সি বক্লবদি ঐগী খুৎ অনিমক কেন্দুনা তারক্কনি। অদুগা উসিগী মতোন্দা তুমবা মানবা অমা লৈবনি, মত্তু করিগুম্বা ক্কাইরবদি ইবেনগী কোকসি ক্কাইগনি। করিগুম্বা অথংবা মীনা উ অসিগী মখোংদা য়াল্লবদি নবেনগী খ্বাংসি তেক্কনি। অদুম তৌব্রবদি নবেন্দি গুক্সি শিরোই।"

রাজকুমারি :— "অতুননিদনা ইবেন্না গুকশি শিরোই হায়ব্রিবা। ঐ হৌজিক্তি ইবেন্না হায়বত্তু ঐ থাজরে। চাক চারশি।"

মিউজিক — মিউজিক — মিউজিক

নোং ঙানবদা নুতিগী ঙৌবগুম ছিংচাবীতুনা রাজকুমারিবু য়োং গুলহন্নগা উথক্তা থৌরিনা পুন্দুনা থনম্নগা মচিঞ্জাক থিবা মথা মাইকৈ তম্না পাইথিরমই।

কিরন্না (মন্ত্রি মচা) য়ান্না থুনা যোং অত্তু উথক্তগী লোথরে অদুগা অঙৌবা ঈশিংত্তু খরা লোরগা য়োংতুদা চাইশিনবদা নিংথিজবী রাজকুমারি অমুক গুইহনলে। ছিংচাবীতুগী শিগদবা মরম পুন্নমক রাজকুমারিদগী তারবা মতুংদা কিরন্না হায়রকই,

কিরন :— "রাজকুমারি৹ অচৌবা থাং অমগা শিংজং অমগা খরা থুনা পুখোরকউ।"

রাজকুমারি :— (থাংগা শিংজংগা কিরন্দা পীরগা) "খর থুনা অচৌবা মশা অনিসে ককথ বিরকউ।"

কিরন্না খাংহু খুান্দা য়েপশিন্দুনা উহুদা হেক কাখৎপা মতমদা অথাপ্পদা চাকতারিবী হিংচাবীহু মতু চুংখি। মপুক্লিংদা অকিবা ফাওরকই, ময়ুমলোমদা হল্লগে নিংলকই। শোমদা কিরন্না খুৎয়াম থুনা য়ান্দুনা ওই থংবা উশাহু তুপতুনা মথাদা হেক তারকপা মতমদা হিংচাবীহুগী ওইথংবা পান্বোমহু কেন্দুনা তারমই। মশা য়েং থংবহুনা খপতুনা পাইশিল্লরুবা হোৎনখি অদুবু শোমদা কিরন্না য়েংথংবা উশাহুসু ককতুনা লৈপাক্তা থাদরমই। মথুং-মশা অনিমক কেনগ্রবদা মখোংনা কন্না ময়ুম য়োনবা চেনশিল্লকই। কিরন্না য়াম্না থুনা উথক্তগী লৈপাক্তা কুমথরগা শিংজং পাইহুনা উহুগী মখোংদা য়ানবা হৌরকই। খুৎয়াম থুনা য়ান্দুনা উহু তুপ্লহুনা লৈপাক্তা তুথরমই। হিংচাবীহু মখ্বাংসু তেক্লহুনা মকোক ভাক্ত কিরন অমসুং রাজকুমারী অনিনা লৈবা মাইকৈ তম্না ওনশিল্লকখি। কিরন্না উহুগী মতোন্দা য়াওরকপা তুম্বাহু লৌরগা বোপ লাওমা হেক থুগাইবগা হিংচাবীহু মকোক কাইহুনা শিরমই। কিরন্না অঙৌবা ঈশিং উতোং অমা অমসুং অশংবা ঈশিং উতোং অমা পুরগা রাজকুমারীগা লোইননা মফমহুদগী থোরকলমই।



# মরিশুবা

কিরন্না রাজকুমারীবু য়োং শুম্হোক্নগা লেংবান্দা তোংহন্নগা অবাং পাংনা হাইগংলকখি। অসুম লাকপনা মাগী মরুপ রাজকুমারগা কাইনরমদাই মতমদা তুপ্লশি পাম্বী অমমম থারম্বা মফমদু য়োরকপা মতমদা মাগী মরুপ রাজকুমার অদুনা থারম্বা পাম্বীদু কংশিন্দুনা লৈবা থেংনখি অদুগা মহাক্না (কিরন্না) থরম্বা অদুনা ফজনা হৌদুনা লৈবা থেংনখি। মপুক্লিংদা মাগী মরুপ রাজকুমারদু য়াম্না বারম্লগনি। থংবদগী অবাং পাংনা হাইগংলক্লুনা মহাক্কী মরুপদু থিরমই। অতোপ্পা লৈবাক অমা য়োরদুনা মী খুদিং হংল-হংলদুনা লৈবাক্তুগী স্নাকোনুং তম্না লাকখি। হৌজিক্তি কিরন্না খংলে মাগী মরুপ রাজকুমারদু লৈবাক্তুগী নিংথৌ মচানুপী ফংনবা হোৎনরুবদা শুমদ্রদুনা মীনাই ওইদুনা লৈরে হায়বসি।

কিরন্না মশক লোৎলগা স্না কোনুংদা চংলমই। নিংথৌমচা কয়ামুক মরু কোক্নগা ঈশিং হোল্লিবাশিংদগী মরক্ত মাগী মরুপ রাজকুমারদুসু য়াওবা উরমই। মানা হংথদা মাগী রাজকুমারদুনা হোল্লীবা ঈশিংদু নিংথৌগী মচা ইবেম্মনা ইকজগদবনি খুমলকখি। কিরন্না কনাসু উহন্দনা মানা হোল্লীবা ঈশিংদুদা (কিরনগী) উতোংদগী অশংবা ঈশিংদু থর হৈজিল্লমই। মহাক মফমদুদগী থুনা থোরকখি। শুহাক লৈরবা তুংদা স্নাকোনুং মনুংদগী কপ্পা লাওবগী মখোল তারমই— নিংথৌ অমদি মাগী রানীশিং মখোল হৌনা কপ্পরমই। নিংথৌগী মচা ইবেম্মা অমসুং মাগী লোইনবী মতারোইশিং লোইনমক য়োং শুলমই।

নিংথিবা ফজবা কয়ানা লৈতেংলিবা নিংথৌগী সনাকোনুং অমদি রাজকুমারীগী লৈতেং কয়ানা থল্লবা কা য়োং ময়ামগী খি খি থোংদুনা

শান্নবুং ওইরম্মী। নিংথৌনা লৈবাক্কী মাইবা মাইবী পুম্নমক কৌখৎতুনা যেংহল্লে অমসুং পুজা বযা কৎলে, ঈশ্বরদা কৎপা য়াবা কৎলে অদুবু য়োংশিংদু মী অমুক ওইহনবদি ঙমল্লমদে।

নিংথৌ :— "মন্ত্রি, ফন্নাইবা অমসুং অঙম অথৌ পুম্নমক লৈবাকশিনবা থুংনা পাওজেনু, নিংথৌ ঐগী ইচানুপী য়োং ওইপ্রবা অসিবু মী অমুক ওইহনবা ঙম্বা মুপাদুদা ঐগী লৈবাক তঙ্খায় অমা পীগনি হায়যু।"

মন্ত্রি :— "য়াম্না ফনি, নিংথৌগী সনা য়াথং ননাই ঐখোয় লাওখোকচগে।" মতাংসিদা কিরন গেরুবা মচুগী ফিজোল শেৎলগা য়ুবী খুজাই অমা মখুৎত্তা পাইবগা নিংথৌদা অমদি মযাম তিল্লিবা সভদা নোল্লুক্না ভক্তি তৌই অদুগা নিংথৌদা হায়বকই,

কিরন :— "মহাবাজগী নজা ইবেম্মা, যোং ওইবদগী মী অমুক ওইহনবা ঐ ঙমগনি অদুবু নিংথৌগী লৈবাক তঙ্খায় অমসুং সনা লুপা ঐ অমত্তা লৌজবোই।"

নিংথৌ :— "নহা ওইবিবা ঋষি, তাকপীয়ু ঋষিনা পাম্বীবা খুদিং ঐনা কচ্চবা ঙমগনি।"

কিরন :— "নিংথৌদা ঐনা নিজগদবদি অতৈ নত্তে ইনিংথৌগী নজা ইবেম্মা অমসুং নজা ইবেম্মগী মনাই ওইরবা মরু কোক্লবা নিংথৌ মচা থবসিগা পীবিয়ু।"

নিংথৌ :— "ঋষিনা হাযবিবিবা অদু য়াজবে, লৌবিবো। ইচামা যোংদগী মী ওইবকপদু অমুক্তা যেংজাহোগে।"
কিরন্না মাগী য়ুবী খুজাইদগী অভৌবা ঈশিংদু থবদ' লৌরগা যোংশিংদুদা চাইবদা হান্নগীগুম মী ওইবে। হায়নথিবগী মতুংইন্না ঋষিদুনা নিংথৌগী মচানুপী অমসুং রাজকুমারিগী মনাই মরুকোক্লবশিং

লোইনা পুন্থনা চংল্লে। হৌজিক কিরম্না মরু কোঞপা নিংথৌ মচাশিংদু মখোয় মখোয়গী লৈবাক য়োক্লকপদা লোইনা থাদোক-পীরমই। মখোয় হরাওবগী ওমথৈ লৈরমদে। ইকোন কোনবদা মাগী মরুপ রাজকুমার অহুতা ওাইরমই। মাবুদি থাদোক্লম্না পূবক্লগা মখোয় অনিমী কাইনকম তুল্লশি থাবম্বা মকমদু য়োৗরবদা কিবগ্না রাজকুমারদা হায়বকই,

কিবন :—"মুংশিরবা মরুপ রাজকুমার তুল্লশি পাবী অনিসি ঐখোয় অনিনা থাবম্বা নত্তবা ? মরুপ, নংগীদমক্তা থজহুনা মাংদা লেপ্লীবী রাজকুমারীসি পূজবকপনি। ঐগীদি লেংবান্দা তোংলিবী থোং অমিনি।"

অসি হায়বগা লেংবান্দগী যোংদু নিংথিববী বাজকুমাবি অমা ওন্থোকহল্লে

রাজকুমার.—(মোমোন নোক্লগা) "মরুপ, নহাকী লমন্দি ঐনা শিংবা ওাবোই। ঐবু ওাকপীযু

মখোয জুবা জুবা মখোমগী লৈপাক ত্তন্না লাক্লে।

# "ঙাউলবদি শিখিবনা ফৈ"

( চীংয়াদা লৈবা অজন অমদা )

লমহুই অমোম :— "মুপা, লৈনবা যুম অমঙ্গ শানবা ঐনা হায়জবা মতম কুইরবনি। হৌজিক ঐ কুম-খা গুরে, ঙসি হয়েং খংদনা অঙাং উনগদৌরি কদাইদনো ঐনা অঙাং পোকদবা যুম ?"

লমহুই লাবা :— "মুপী, নংশিদি বা য়াম্না ঙাংগনবিনি। অঙাং পোকপবু অমদা কোক পোকথোঅগা লোইরে, কনানা করি হায়গনি।"

অমোম :— "মুংঙাইবীরেদা, লমহাংসিদা ঐ অঙাং পোকলবদি করি ওইগনি খংলবরা ? নোং ঙাল্লকপদা অঙাং অমত্তম্ লৈরমলরোই। অতৈ শানা লোইনা চাথোকখিনি।"

লাবা :— "মুপী, নং ওহোক্না ঙাপ তাখিদ্রে। জগৎতা লৈরিবা শা যন পুম্নমক্কী ঐনা থাইদগী শিংবা হেল্লিবনি। অশিংবা লমহুই ঐগী যুম্দ্ কানা করিগী শাক্লনি। নংনা হেক হায়রকপদা যুম অফবা অমা হেক্তা পীগনি।"

অমোম :— "মুপা, ঐ ঙসি হকচাং য়াম্না ঙমশিল্লক্তে, কদাইদনো নংগী যুম হায়বদো ? মতুদা খর থুনা চৎলসি।"

লাবা :— "লাকও, ঐগী তুং ইল্লকউ।"

অমোম :— "শিদি কৈ লাবা অমথক লৈবত্তুগী যুমমিমা। হোরেম করিগুম্বা কৈদ্দ লাক্লগা ঐ অঙাংনে কৈনে থোরক্লুনা চেনবকা ঙমলোইকো।"

লাবা :— "মুপী নংশে বা য়াম্না ঙাংগ্রেদা, অপাংবগী মরলবু অশিংবা ঐনা লোৎপা মশানা তাজবনি। নং করিমত্তা বাক্লম্ম।"

অমোম :— "নুপা হৌজিক্তি অঙাংসু পোক্লবনিনা কৈছু লাকপ্রা য়েংবা ওইনা য়ুম মনাকশিদা শংহুনা অহুম লৈবীয়ু, থাপ্পা চংপিখিনু।"

লাবা :— "য়েংঙোই নুপী! লৈবুং অসিগী মথক্তা ঐ মুংশা য়াইহুনা লৈগে কৈছু হেক লাকপগা ঐ নঙোন্দা খংহল্লকে। নংনা নয়ানা চিকপনি খংদে খুজিন্না খোংপনি খংদে অঙাংশিংহু কপহল্লকউ। ঐ নঙোন্দা হংলক্কে করি তৌরবগে অঙাংশিং অহুক য়াম্না কপলিবদো৷ অহুদগী নংনা হায়রকউ হো কৈ চাগে কৈ চাগে কপলিবনি। ঐনা অমুক হায়রকনি, শগাইদা কৈ অকংবা লৈবহু পিজোদনা। নং অমুক খুমলকউ- হো৷ কৈ অকংবা চানিংদে কৈ অতেকপা অহিংবা চাগে হায়য়ে। অহুদগী ঐ অমুক হায়রকে স্বাইদা কৈকা লাকপ্রা য়েংলকে।"

× × × × × ×

কৈছু যনাও অমা হাংনবা হোংনবদা নুমিৎ নিনি চংলমই। যনাওহু হাংলগা মকোন হায়বদি ময়ুমদা পোথা পোথা চারুগে হায়না ময়ুম তম্না যনাওহু শোরো শোরো চি'লহুনা লাকলমই। কৈহুনা মাগী ময়ুম মনাক য়ৌশিল্লকপা মতমদা মাগী যুম মনুংদগী (মকোল মনুংদগী) লমহুই মচা ময়াম খোংবগী মখোল তাম্লমই অমস্তং অঙকপা মওংদা মনাকোং থাদংতুনা লৈরমই।

লমহুই লাবা :— (লৈবুংদা মুংশা য়াইদুনা লৈরিবা লমহুই লাবানা) "হাই নুপী! করি তৌরে অঙাংশিং অহুক য়াম্না কপলিবদি?"

লমহুই অমোম :— (মনুংদগী) "হো! নচাশিংসে কৈ চাগে৷ কৈ চাগে হায়রে।"

লমহুই লাবা :— "অহুবু, শগাই মথক্তা কৈ অকংবা অহুক য়াম্না লৈবহুদি৷ মহু পীজোদনা।"

লমহুই অমোম :— "হো, কৈ অকংবদি চানিংদে হায়, কৈ অহিংবা অতেকপা চাগে হায়য়ে।"

লমহুই লাবা :— "এ' অহ ওইরবদি ঐ খাইদা কৈ অমত্তা ফারগা পুরক্কে।"

মসি পুরক্লক কৈত্থনা তারগা মপুক্লিংদা খাইদা কৈ চাবা লমহুই যাম্না লৈরমাম্লে থক্লমই। অহুদগী মানা পুজবকপা অশিধা যনাও মচাদু মচিন্দগী থাদহনা থনয়্গা মথবাই হিংনবা কন্না চেনখিরমই। খর থাপ্লা চেল্লরবা মতমদা কৈত্থনা য়োং অমগা থেংনবমই।

য়োংহনা :— "কৈনো ইতাও কৈ, নংনা অত্থক কন্না চেল্লিবদি? করিগুম্বা অতোপ্পা শা অমা তাম্নবদি মান্দে কিত্থনা চেনবা মাল্লি।"

কৈ লাবা :— ( খব থবেৎ থবেৎ হোল্লহনা ) "চুম্মী ইতাও য়োং, ঐ অতোপ্পা শা অমা তাম্নবা নত্তে। ঐগী ঘুমত্থু লমহুই যাম্না লৈহৌই। লমহুইশিংহু কৈ চাবা লমহুই ভাক্তেনি। ঐ মখোযবু কিত্থনা চেল্লিবনি।"

য়োং :— তান্নিংদে ইতাও, লমহুইনবু কে চাবা হৌনদে, ফাবস্থু মখোযনা ওমলোই, লমহুই মখোয়গী ফত্ত- লৌশিং তৌবা ওইরমগনি।"

কৈ লাবা :— "নাত্তে ইতাও য়োং। ঐ মখোয়না ভাংনবা লোইন তাবরবনি। ঐনা যম্নাও মচা অমা হাৎলগা য়ুমদা চংডাইনা চাল্লগে খন্দুনা চংজরকপদা ঐগী য়ুমত্থদা লমহুইমচা ময়াম খোংবা কপ্পগী মখোম তারমই। অত্থদগী লমহুই লাবা অত্থনা হংলকই, হাই য়ুপী, অডাংশিংনা অত্থক য়াম্না কপনীবদি করি তৌরে? ইমুংদগী লমহুই অমোমা খুাকই, নচাশিংম্নে কৈ চাগে হাইযে। মত্থদগী লাবত্থনা লাওরকই, শগাইদা কৈ অকংবা শৈবত্থ পীজো-

কপা। অমোমকুনা অমুক খুমকই, হো কৈ অকুবা চানিংদে, অকেকপা-অহিংবা চাগে হায়রে। লাবনা অদু ওইরবদি মাইদগী কৈ অমত্তা কারকলিগে। মতু তাবদগী ঐ থবাই হিংনবা তেলক-লিবনি।"

য়োং :—"হা! হা। ঐদি যাম্না নোক্লিংই। ইতাওনা হায়রিবতুদি লমহুই লৌশিং, লমহুই তাং কৌই। লমহুই লাবগা অমোমগা মখোয় অনিনা নংগী যুমদু থাদোক্লুনা চেনখিনবা তৌবা খোক্লি। লমহুই মখোয়নবু ইতাওবু চাবা ওন্নবা? লাকও ঐগা চংসি ঐখোয় মখোয়না লাকচখিবা য়াম্নিংদে।"

কৈ লাবা :—"ইতাও য়োং, হোরেন নং চেন্নোইদ্রা?"

যোং :—"ঐখোয় অনি চেন্নবা থাদনবা যাম্না কনবা উবি অসিনা ঐখোয়-ঐখোয়গী খুংদা পুনশিল্লগা চংলুসি।"

লৌশিং লৈবা লমহুইদো নুংঙাইনা লৈখোক্লমদে, কৈদু অমুক হুন্নকখিগনি পুক্লিংদা খল্লমই। মানা অথাপ্পদা কৈহুগা যোং অমগা মখাংদা খোরি পুনশিন্নবগা লাক্লিবতু উরমই। মানা খল্লমই, চেনজখ্রবা কৈ অসিবু হৈ শিংবা যোং অসিনা পুহুনা লাক্লে। ওসিদি খংগনি হৈপা শাবা য়োং নংবু লেম্না থাবোইদ লাকগে।

লমহুই লাবা :—( কৈগা যোংগা মনাক নকশিল্লকপা মতমদা ) "ইতাও যোং! ঐদি নংগী অঙাং পোকপদা হাওর হাওরবা উহৈ কযা অমসুং অথেনপোৎ কযাগ্না লোইননা লাকচখিবনি অদুবু ইতাও নংদি ঐগী অঙাং পোকপদা কৈ হমুখা চাবস্ত য়ারোইদবা অমা পুবগা লাকলিবরা?"

কৈ লাবহুনা মপুক্লিংদা অক্লিবা ফাওরমই, মখোয় অনি লমহুই অমদি য়োংনা লৌশিং চৈনবগা অপংবা শিহুনা মাবু মখোয়গী

পোৎলান পোৎ নত্রগা পোৎয়োং তাহল্লবদি মথাই হিংনবা চৈনদবা য়াদে। অহাৱী (কৈ লাবা) লৈজবা মপাঙ্গল পুখোকচদুনা চোং চোংদুনা কল্লা চেনখিরমই। য়োং অত্থদি দশা তারমই। থৌরিত্থ লৌথোকপস্থ নংহৌদবা অত্থগা কৈত্থগী চোং চোংদুনা চেল্লিবত্থগী মতুং ইনবস্থ ওমদা কৈনা মাবু কৈনা অমুক লোংনা অমুক তিঙ্খাং মরক শোংলবা জঙ্গল কয়া চিংদুনা পুবিবদা মথাই থারমই। য়াম্না থাপনা চেল্লগা কৈনা লেপতুনা হন্না য়েংথোরকপদা য়োংত্থ ময়া ইহি হিগৎতুনা শিত্থনা লৈরম্বত্থ উরগা শিরে হায়বা থংদবদগী মানা য়ানা চেল্লগা য়োংনা ময়া হিগৎতুনা নোক্লিবা কন্নিগীনো হায়রত্থনা মথোংনা কাওশিল্লমই। অশোমদা লৌশিং শিংবা লমহুই মতৈ মনাও কৈনা বানা পুক্তরকপা য়ম্নাও মচাই টিংশিন্দুনা মচাশিংগা য়াম্না হাওনা অমস্থং মুংঙাইনা চারমই।

কৈ লাবত্থ ময়ুমদগী য়াম্না থাপনা চেনথোরকপগী চোকথবগা অমদি চাদ থক্লবগী অরাম খৌরাংকগা মথোং থাংবা ওমম্রদুনা তুরেল অমদা কুমথরগা ঈশিং থক্লমই। ঈশিং পেন্না থক্লগা তোর্বান্দা পোথারিঙৈদা ব্রাহ্মন (বামোন) অমা খ্বাবৈ চেগপ পাইরদুনা তুরেলত্থ লাম্হোক্কে হায়না কুমথরকখি।

কৈ লাবা :— "মুপা নং চৎখিবা য়ারোই। ঐ তাইবং মী চাদবা কুইরে অত্থগা ঐদি চাল্লিংঙাই টিঙ্গাক ফংদবনা মুমিৎ নিনি হুল্লি ওরে পুক অসিদা করিগুম্বা অমত্তা তারক্কবা।"

ব্রাহ্মন :— (মশাত্থ থক থক নিরদুনা) "মহাশোই! ঐবু হৌঙ্জিক্তি থাদোকপীয়ু, ঐ মীগী চাক খোংলুগে অত্থগা নংগী নাক্তা অমুক লাকচগে।"

কৈ লাবা :— "করিগী চাক খোংবা? ঐদি নংবু ঙাইবা ঙম্মোই।"

ব্রাহ্মন :— "ঐনা চাক খোংবা চৎলিবসি উৎসবনি, চৎতবা য়াদবনি।"

কৈ লাবা : – "করিনো উৎসব হায়বদি ?"

ব্রাহ্মন :— (মপুক্কিংদা কৈশিদি উৎসব খংদবা অংৎ ওইরে, অত্থু ওইরবদি ... ...) "মহাশোই কৈ, উৎসব হায়বদি উৎসব তৌরিবা মুপাঙ্গনা মশক ফজরবী লৈশাবী অমা হেক্কা ফংগনি। মহাশোই নংমু ঐনা উৎসব তৌবিরবদি মশক ফজবী কৈ লৈশাবী অমা হেক্কা ফংগনি।"

কৈ লাবা :— "মহাশোই, উৎসব হায়বসি দি য়াম্না ফজবা জাংনি। ঐগীসু উৎসব খরা তৌবিরমউ।"

ব্রাহ্মন :— "মহাশোই কৈ, নংগী উৎসব তৌ হায়রবদি করিগুম্বা খরা চংগনি।"

কৈ লাবা :— "করি করি তৌগদগে হায়বিযু।"

ব্রাহ্মন :— "অনকপদা লৈরিবা জঙ্গলসিদা চংলগা নশা পুম্বা অকনবা উরিনা পুনশিল্লো অত্থুগা ঐগী মাক্তা লাকউ উৎসব তৌনবা।"

— — —

কৈ লাবই জঙ্গল মনুংদা চংলগা উরিনা মশা পুম্বা য়েংশিল্লগা ভপনা ভপনা থোরক্লে অত্থুগা ব্রাহ্মন্দুদা উৎসব তৌবিনবা হায়রমই।

ব্রাহ্মন :— "কৈ মহাশোই, ঐমা নংবু হৌজিক ঈশিংদা ইম্বরগে অত্থুদগী নহাকসে ঈশিংদা অসুম তাওথবিহুনা খর চংলগা মশক ফজবী কৈ লৈশাবী অমা থেংনগনি, মত্থু নংগী মুপীনি।" অসি হায়রগা কৈত্থু ব্রাহ্মন্দুনা ঈশিংদা ইম্বরমই অত্থুগা মাদি চংখিরমই।

* * *

ভুরেলগী ঈশিং ইচেলদা কৈত্থু ঈশিং খক্লা খক্লা অসুম তাওথ-হকপনা অচৌবা জঙ্গল অমগী মনাক য়ৌরকলমই। মতা চারুবদগী

কৈ লৈশাবী অমখক তুরেলইদা ঈশিং থক্কে হায়না কুমথরকলমই।

কৈ লৈশাবী :— "এ ! কৈনো তৌরিবসিদি ? ইপাগুম্বা কৈ অহল অমা উরিনা পুনশিল্লগা ঈশিংদা তাওখরক্লিবসিদি, শিবা তারে। ইপাগুম্বনি, চিংখৎপীরগা মথবাই হিংজশনু।"

অসি হায়রগা উরিনা পুম্লিবা কৈত্ত চিংখৎপীরে অমসুং উরি পুম্নমক ময়ানা চিকথৎতুনা লৌথোক্লে। উরি লোইনা লৌথোকলবা মতমদা কৈ লাবা অত্থুনা কৈ লৈশাবীত্থুদা য়েংলগা হায়রকই.

কৈ লাবা :— "লৈশাবী, নং হৌজিক ঐগী মুপী ওইরবনি। উৎসব তৌত্থুনা নংবু ফংবনি।"

কৈ লৈশাবী :— "চরোহৈ, নংনা ঈশিংদা ঈরাক্লবত্থুদা ঐনা নংবু ইপাগুম্বনি খন্দুনা ঈশিংদগী চিংখৎপীবনি। হন্নুবা নঙোন্দা যুম পানবকা ওমজরোই। চৎলো শিক্লরো।" অসি হায়রগা কৈ লৈশাবীত্থুনা কৈ লাবত্থুবু অমুক ঈশিংদা ইনথরমই অত্থুগা থুনা য়াংনা মকমত্থুদগী চেন্থোকখিরমই।

-----

হুমিং হুমনি শুরে কৈ লাবত্থু চরা হেলকল্লিবা, মশাত্থু হাইরং হাইরং তৌরমই, খরা অমুক চৎ অমুক পোক্থা। অকোনবদা লম্যাং অমদা কন ময়াম শজিক চাহুনা লৈবা উরমই। মন ময়ামদগী তোথাইনা লৈবা মম্লাও মচা অমা উবদা কৈ লাবত্থু চানিংবদা মতিন য়োৎলমই। মম্লাও অত্থুগী মনাক্তা অরুবা কোম য়াম্না লৈ হায়বত্থু য়েংদনা মাগী লৈজবা মপাঙ্গল থরা পুথোক্লুনা মম্লাও মচাত্থু তাম্লকবদা কৈত্থু অরুবা কোমদা তাশিল্লমই। কোম অইস্থু অরেং অরেং পৃথবী ওইরমম্না কাখৎপা ওমদনা লৈরে কৈহ। কোম অত্থুগী মনাক্তা

কনামত্তা লাক্কবনা কৈত্থু শিবা ঙাইথুদা লৈরমই।

মুমিদাংবাই ওইরকপা মতমদা, কনাগুম্বা মুপা অমথক ষন থিবা মফম অত্থুবাইদা লাক্লমই। মহাক্না লৈখোম মরক্তা অক্লবা কোম অমদা লৈবিবা কৈত্থু ষন ওইরবোই নিংথুনা মুন্না য়েংলমই।

কৈ লাবাঃ— "হা মহাশোই! ঐগী থবাই অমুক্তা কনবীয়ু। নংগী থৌবিথুনা ঐবু অমুক্তা চিংখৎপীয়ু নংগী থৌজাল হৈবত্থু ঐনা মপোকসিদা কাউজবোই।"

ষনথিবা লাকপা মুপাঃ— "মহাশোই কৈ, ঐদি মত্থু ঙমলোইবো, হোবেন ঐনা নংবু চিংখৎপীবগা ঐবু চাগে হায়রকনি।"

কৈ লাবাঃ— "শিবগদবা ঐবু নংগী থৌজান্না চিংখৎপীথুনা হিংহল্লবা মতমদবু ঐনা করিগী হাৎকে চাগে হায়রুনি। ঐ রাশক্লি ঐ মত্থুগুম্বা থবক তৌজবোই, হায়জাবাই।"

(মাগী মতৌথুদা মুংঙাইত্রথুনা মুপাথুনা কৈত্থু কোমদগী চিংখৎপীরে।)

কৈ লাবাঃ— "মুপা নংবু চাদবা যাদ্রে। ঐদি চাদ থক্তবা মতম কুইবে, লাম্বনা শিগাদীবে।

ষন থিবা মুপা — ""অত্থুন্না হায়গনু কৈ মহাশোই নংনা অত্থুন্না হায়বোই রাশকথিবা নত্রা?"

কৈ লাবাঃ— "ঐদি নংবু চাদবা ঙম্মোই। চাদ থক্তবগী মৈচাক্না রাশক্তা অমত্তা ভাকপা ঙম্মরোই।"

মতমসিমক্তদা মাইকৈ অদোমদা লমহুই অহল অমা লাক্লমই অমনুং মখোয়গী মনাক্তা চংশিল্লকই।

ষন থিবা মুপাঃ— "মহাশোই লমহুই, নংনা অমুক্তা বিচার তৌবিরমউ।

কৈ অসি কোম মরক্তা কাখৎপা ওমদনা লৈরমই। মানা চিংখৎপীয়ু থবাই কনবীয় হায়জরমই। কাখৎলবা মতমদা ঐবু চারোই হায়না বাশকখি। চিংখৎলবা মতুংদা ঐবু চাদবা য়াম্রে হায়রে। লমহুই নংদি অশিংবা শানি, অমুক্তা বিচার তৌবিয়ু।"

লমহুই :— "ঐবু নখোয়গী বিচার তো হায়রবদি ঐবু উহন্নু কৈ অসিনা কমদৌবা কোম অসিদা লৈরম্লু অশা। পুন্নমক লৈখোমদা লৈরম্বরা ? মাপী মমাইনা কদোমদা ওন্দুনা লৈরম্লগে ?"

(অপংবা কৈত্তুনা কোমত্তুদা অমুক কুমথবগা লৈখোম মরক্তা মানা হান্না লৈরম্বা মওংদু উৎত্তুনা তাক্লমই"।)

কৈ লাবা :— "বীচাব তৌবিবিবা মচাশোই লমহুই, ঐ ওসাই অহন্না লৈরম্বনি।"

লমহুই :— "থৌনাইদবা মুপা, হৌজিক্তি চৎলো নয়ুমদা। পঙলবদি শিজখিবনা কৈ।"

( লোইববা )